থরোংবা—
শ্রীহিদংময়ুম ইবোচৌবা শর্মা।
মোইরাংখোম, ইম্ফাল।

কোপি মশীং—১,০০০

অহানবা নম্বা, ১৯৮০ ইং

মমল —লুপা ১৫ ০০ তনি।

ছাপা নম্ফম :
ওরিয়েন্টেল প্রিন্টিং হোম য়াইস্কুল, ইম্ফাল।

# কচ্চরী

হে নাট্য অধিনায়ক
গোবিন্দ নটবর
মৈতৈগী য়েলোহৌজেদগী লৈথরক্লবা
মৈতৈ জগোই খুংথেক
কচ্চরী নখোং খুয়াদা
জগং পুম্বদা য়েনবীয়ু
" মৈতৈ জগোই খুংথেকসে "
হে অধিনায়ক
কচ্চরী নখোং খুয়াদা
ননাইগী ননাই থম্বালনা ॥

# হাহৌদোক

ঐনা মৈতৈ জগোই খুৎলেক অসিগী মরমদা নৈনজবদি মৈতৈ জগোইগী ওঝা গুরুশিং অমদি পণ্ডিতশিংনা লাই হরাউবগী লাইরিক জগোই রাস মখল কয়াগী লাইরিক মমাংঙৈদগী লৈরক-লবশিংবু ছাপা তৌদুনা পুথোক্লে অমসুং শান্ন নৈনহনা ইবা লাইরিক কয়া ছাপা তৌদুনা পুথোক্লে তৌইগুমসুং মৈতৈ জগোই খুৎথেক্লা মরমদা ইবা লাইরিক্কি ওয়াউ য়াউদরি, খাংলিবা মরম অসিদা নৈনজই। মৈতৈ জাগোইনা লাই হরাউবা হৌরকঙৈদগী হৌরক্লবা মৈতৈ জগোই খুৎলেকশিং অসি বিনিয়োগ তৌজদুনা কবি কবিদা শিজিন্নবা ঙাংবগে থিজিনদুনা পুথোকচবনী খুৎ-লেকশিং অসিনা কবি কবি মখদা পোৎশক্লা শিজিন্নদ, হায়বদি লাইবক শাবা খুৎলেক নৈ শাংবা। খুৎলেক অসিসিংনা লাইবক শাব খুৎলেকনা লাইবক শাবগুম্বক তৌই নৈশাংবা খুৎথেক্লা লে শাৎপগুম্বক উৎলি অমসুম্না খুৎলেক কয়াক্রুম অসি মশা মশাগী ওইরিবা অনুভব শিজিন্নে। এদো খুৎথেক কয়াক্রুম অসিবু খুথেক হৌনা কবি কবিদা শিজিন্নবা য়াবা কবি কবি পোৎশক শাদুনা অভিনয় তৌবা যাবগে থজদুনা খুৎলেকশিং অসিগী বিনি-য়োগ শিজিন্নখস লেপ্লংখদুনা লাইরিক অসি পুথোক্লুবা কোননজে থমাইস্নাম গুরু অমুবা সিংহ (Ex. প্রধান গুরু জবহরলাল নেহরু মণিপুর ডান্স একাডেমী। ওঝানা লোমা ঐখোন্দা খারি শাবিখি মৈতৈ জগোই খুৎথেক্লা মখল মখলগী অভিনয় তৌবা য়াংবা মরম অমসুং পুথোক্লুবদি খুংজাইগনি হায়না তাকপি অমসুং শৈরোন্দা মসি পুথোক্লুবা কোংনৌ হায়না তাকপি, ওঝাগী মথং অসিদগী ঐগী পুক্নিংদা উৎসাহগা লোইননা খুংজাইবা মঙাল অমা পোকখি অমসুং রিসার্চ তৌবা হৌরে। ফিরম অসিবু জগোইগী সেমিনার থবদা পুথোকচখি শোক ১৯৬৪ ইংদা হায়দ্রাবাদ

চৈতা all Indix Dance festi'val and Semenar তৌখি, মহুদা পদ্মশ্রী ৺মাইস্নাম গুরু অমুবী সিংহ ওখানা লুচিংদুনা জবহরলাল নেহরু মণিপুর ডান্স একাডেমীগী মৈতৈ জগোইগী Troup অমা চংলি মসিদা ঐহাক য়াউজখই অমসুং সভা অহুদা ঐনা মৈতৈ জগোই খুংথেক্কী মরমদা ডিমোনষ্ট্রেসন তৌজ মসিগী মরমদা ওাংজ সভানা য়ানিংবা ফোংদোকখি।

অনিশুবা ওইনা শোক ১৯৭১ ইংদা মণিপুরদা মণিপুর সরকার, জবহরলাল নেহরু মণিপুর ডান্স একাডেমী মণিপুর পালা লোইশং সনা কোন্নুং, সংস্থানশিং অসিনা পুন্না কমিটি শেমদুনা মণিপুরগী মপানগী মীশক কয়া য়াওনা অচৌবা সেমিনার অমা পুমিং খরনী চংনা পাংথোকখি মসিদা ঐহাক মৈতৈ জগোই খুংথেক্কী মরমদা পেপর পাঠ অমসুং ডেমোন্ষ্টেসন তৌজ মসিদা সভানা মুন্না খন্না নৈনরবা মতুংদা ওাফম অসি য়ানবা ৱারেপ ভানখি। তোল্লবনা মতম চংনা রিসার্চ তোজদুনা মৈতৈ জগোই খুংথেক্কী শিজিন্নকনু বিনিযোগ তোজদুনা মৈতৈ জগোই খুংথেক কায়বা লাইরিক মচা অসি পুথোকচে, করিগুম্বা মত্তাংদা খুংথেকশিং অসিবু লোবিবা য়াবা মত্তাং মত্তাং মতুংইন্না শিজিন্নরবদি, লাইরিক ইজবগী কোংনজমল ওইজরে।

ঐনা লাই হরাউবা তমজরকপা শ্রীওারিয়াম্বম কুলচন্দ্র সিংহ পণ্ডিত, ৺থখ্বাম মাইবী, ৺মোইরাংথেম চন্দ্রসিং পণ্ডিত অচৌবা সনা কোন্নুং, পণ্ডিত অচৌবনা মখুৎমক্তা ইথোকপিদুনা লাই হরাউবগী জগোই খুংথেকমখৈ পিনবিরমই।

ইজবা ঃ— শ্রীহিদংময়ুম থম্বাল শর্ম্মা
সিনিয়ার গুরু জহরলাল নেহরু
মনিপুর ডান্স একাডেমী ইম্ফাল।

## থাগৎবা হিরশিংগী মফম্দা

লাইরিক অসি ছাপা তৌবদা মণিপুর ষ্টেট কালা একাডেমীনা শেলগী মতেং লুপা ৬০০.০০ পিনবী মসিবু ঐনা থাগৎচৈ মণিপুর চিপ মিনিষ্টর শ্রীরাজকুমার দোরেন্দ্র সিংহন' লুপা ৫০০.০০ মতেং পিনবি সনথ্বাগী মফম্দা নোল্লুকপা উৎচরি।

লাইরিক অসিদা য়াউরিবা খুৎকমগী অয়েকপা মখৈ ঐগী মরুপ শ্রীরাজকুমার চন্দ্রসিং সিংহনা য়োক শাননবা য়েকপি অরামন লৌবিদে মসিদা ঐগী মরুপ শ্রীরাজ কুমার চন্দ্রজিৎ সিংহগী মফমদা নোল্লুকপা উৎচরি।

শ্রীসরোখাইবম ভুবন সিংহ প্রেসিডেন্ট মণিপুর ড্রামাটিক ইয়ুনিয়ন, শ্রীইবোম চন্দ্রমনি সিংহ M. Sc. B. Ed. লেকচরর, অনিনা লাইরিক অসি ছাপা তৌবদা মতেং পাংবি। ঐগী থুংশিজরবা মরুপ ভুবন অমসুং ইনাউ চন্দ্রমনিগী মফমদা ইকাইখুম্নবা উৎচরি।

লাইরিক অসিগী দায়ী পুম্নমক অইবগীনী।

লাইরিক ইব :-

শ্রীহিদংময়ুম থঙ্গাল শর্ম্মা
সিনিয়ার গুরু জবহরলাল নেহরু
মণিপুর ডান্স একাডেমী
ইম্ফাল।

শ্রীযুক্ত খিদংময়ুম থম্বাল শণ্মনা ইবা মৈতৈ জগোই খুংথেক হায়বা লাইরিক অসি মুন্না পারে। মসি ওঝা অসিনা অভিনয় দর্পণগী মুদ্রাগী শীজিন্নফম তম্বিবা মতমদা মৈতৈ জগোইগী খুংথেকী শিজিন্নফম লৈহনা ইবা ওয়্নবদি কগনি হায়না ভাংনখি।

হৌজিক মৈতৈ জগোইগী খুংথেকী মশক অমম্নুং শীজিন্নফম কজনা ইহনা পুথোরক্রে। মসি লৈরবদি মৈতৈ জগোই তম্বদা য়াম্না খুদোং চারগনি। অহনগা তুংদা কৌরকপা অঙাংশিংগীম্নু য়াম্না কান্নরগনি হায়না ঙাইহৌ।

শ্রীমাইস্নাম অমুবি সিংহ
সুপরভাইজর জে, এন,
তাং ২৭ | ৫ | ৬৮ ইং মণিপুর, ডান্স একাডেমী।

— — —

শ্রীযুক্ত খিদংময়ুম থম্বাল শণ্মগী মৈতৈ জগোই খুংথেক মকোক্তগী লোইবা ফাওবা মুন্না পাজরে। মৈতৈ এথোইগী জগোই অসি অতোপ্পা খঙদবা মীনা ভাব, অর্থ লৈতবা ওইনা থৈ। অথবু হন্নকী লাইরিক অসিনা ফোঙদোক্লিবা ভাব অর্থ উরবদি মৈতৈ জগোই অসিমু শাস্ত্রগী হে'নবা মতিক চাবা মশক লৈ হায়বা তাকলি। থাঙ্গেশেংবা লাইরিক অসি মৈতৈ জগোই মশক তাকপা লাইরিক অমনি হায়বা য়াই। লাইরিক অসি মুন্না হেরবদি মৈতৈ জগোই তম্বদা য়াম্না থুনা চঙশিনবা ঙমগনি নিঙই।

শ্রীহাওবম গুরু অতোম্বা সিংহ
**Department Head of Dance**
**Date 23/5/68.** **J. N. M. Dance Akadamy.**

শ্রীযুক্ত হিদংময়ুম খম্বাল শর্ম্মাগী " মণিপুরী জগোই থুংথেক " মকোক্তগী লোইব কাওব মেনুষক্রীপত্ত পাজরে। লাইরিক অসি থোক্লকপদ মমহুন লৈরিব জগোই থুংথেককি শীজিন্নকম কক্তন খড়ব ড়মলগনি। লাইরিক অসিন মীতৈ জগোই মশক খঙ্ব ঙমলগনি। অয়াম্ব মীনা মীতৈ জগোইগী থুংথেক অর্থ লৈতব কক্তনব পঙশা শাব থুংথেক ওইনা খন্নৈ। চুমই, জগোই শাযব অসি মী ওইবগী পুক্নিং ৱাখল ফোংদোকপনি। অহুন হস্তক হায়ব য়াউ ঃনিদ আংশ বৃন্দাবন চম্পুনচিংব লাইরিকন থুং শাজিন্নব অসি মশকু চপ্ মান্নবদ অনি থোক্ল খনমহৈ। অহুন ঐখোইগী থুংথেকপু নৃত্যহস্ত হায়বদ লানদে। নিপা অসি জগোইগী মরমদ যান্ন নৈনব নিপা অমনি হায়ব অহু লাইরিক অসিন যান্ন শেংনা ঙাক্লি। জগোই তম্ব হৌনৈ শাযহুনা তম্লিব মী পুন্নমক থুংথেক মশক অমম্বং শীজিন্নকম মশকু খঙনা তম্বা ঙমলগনি। শমন হায়রবদ লাইরিক অসিন জগোই তম্বদ থোঙ্খাং থুজিনব য়াবগনি নিংই।

শ্রীমোইরাংথেম চন্দ্র সিংহ
রিসার্চ স্কোলার
মণিপুর ডান্স একাদেমী

তাং, ২৩ | ৫ | '৮ ইং



শ্রীযুক্ত খম্বাল শর্ম্মনা য়াম্ন মতম চংনা হোংনবীহুনা পুথোক-পিরক্লিব জগোই খুংথেক্কী মরমদ মক্ক ওয়বা মথল কয়াগী খুংথেক্কী মরমদ পুথোকপিরক্লিব লাইরিক অাস পাজবদ মৈতৈগী এলশৌহৈদগী চংনরক্লবা লাই হরাউবগী খুংথেক জগোই কয়া-মরুমগী থুপ্তুনা লৈব খুংথেক কয়াগা মওং অসিগা শ্রীগোবিন্দগী রাসগী জগোয়গী খুংথেক হায়রিব জগোই মথল আনসিগা নক্কব অমম্বুং মান্নব মওংগী খুংথেশিংগী শিজিন্নকমনচিংবা মথল থুদিংমক্কী শিজিন্নবগী মওং কয়া মরূম ফজনা তাকপা লাইরিকসি মৈতৈ লৈপাক্কী ওইনা অহানব ওইনা পুথোকপিরক্লিবা অসি উজবদ লেখকপু থাগৎচদবা ওমজদে। লাইরিক অসিমকপু অফব ফত্তবগা রাথলনা নংচদনা অওয়বা মৈতৈ জগোইগী ওয়ব অশেংব লাইরিক কয়ামরূম নৈন-নৈন্নরগা পুথোপিরক্লুনা মৈতৈ জগোই অমম্বুং খুংথেক্কী লাইরিক অনি মশিং য়াম্লকপগা মতুং ইন্ন মৈতৈ জগোই তম্বগী হিরমদা য়াম্না থুদোংচাবা ফংহনগনি হায়না নিংজৈ।

শ্রীগুরিয়াম্বম কুলচন্দ্র সিংহ ( পণ্ডিত )

তাং ১১ । ৬ । '৬৮ ইং

পণ্ডিত লোইশং ( মনা কোম্বুং )

— — — —

শ্রীখিদংময়ুম খগ্গাল শর্ম্মনা ইবা " মৈতৈ জগোই খুংথেক " হায়বা লাইরিক অসি পাজরে ; লাইরিক অসিগী মখুংদা নৈনরিবা কিরমশিংজি মতম কুইনা ঈরোলমখুংদা থীনা থঙবীদনা লোত্না লৈরম্বা মণিগুমলি ; মরম অসিনা লেখক অসিবু থাগংলি . মহাগুরুগী নাট্য শাস্ত্রগা অমদি মৈতৈগী অরিবা খুংথেকা লৈনবা মখি পুখোজুনা নৈনবা ওইগনি নিংই। লাইরিক অসিগী তোপ তোপ্পা মগুন অমনা মরোমগী লাইবৌ খুংথেক অসিনচিংবগী শিজিন্নরম নিংখিনা নৈনহনা অনৌবা বিজ্ঞাননিক ওইবা মওংদা শিজিন্নরম তাকপা অসি লেখক অসিগী থাগৎতবা ওমদবা মগুণনি। অহুনা মণিপুরগী সমাজদুতা নত্তনা কানাবু হুৎশবা পৃথিবীগী মীওইশিংগী অনৌবা মতামগী লাইরিক অমা ওইগনি নিংঙৈ।

শ্রীলোরেম্বম অমুযাইমা সিংহ
গুরু জবহরলাল নেহরু
মণিপুর ডান্স একাডেমী
তাং ২৭ | ৫ | ৭৮ ইং ইম্ফাল।



শ্রীহিদংময়ুম খম্বাল শর্ম্মনা ইবা " মৈতৈ জগোই খুংথেক" কৌবা লাইরিক অসি পারে। লাইরিক অসিদা মৈতৈগী লিরবা লাই হরাওবা জগোইগী মুদ্রা কয়া য়েক্লুনা মখোয় অহুমকখা মতমদঃ অমম্ভুং করি করি শাবদা শিক্ষিরগদগে হায়বসু তাক্লি। লাইরিক অসিগী মথুংদা য়াওরিবা লাইচিং জগোই, লাইবো জগোই, পামহাই জগোই, খুমশারোল জগোই পুম্নমক্কী মুদ্রাশিং অসিনা মীওইবগী সৃষ্টি-তত্ত্ব ( লৈশেম লোল ) অমম্ভুং মসিগী বিকাশ তৌরকপগী লুরবা বাক্য কয়া নিংথিনা কোংদোক্লি। মসি উবদা শতাব্দী কয়াগী মমাঙদা মণিপুরগী ওইবা নৃত্য কলা অসি মপুংফানা বিকাশ ওইরে হায়বা খঙবা ঙমগনি।

নীলকান্ত শাস্ত্রী
সেক্রেটরী
শ্রীশ্রীগোবিন্দজী নর্ত্তনালয়।



শ্রীথম্বাল শর্ম্মা

জবহরলাল নেহরু মণিপুর ডান্স

একাডেমী গুরু । য়াইস্কুল ।

ইঙোগী খুংথেক শাথেক উৎলিবা লাইরিক অসি উবগা খুংঙাইদে । রাজকুমার শ্রীচন্দ্রজিৎ অসি এম, ডি, ইউগী এক্টরম্বু হাইবেক্তা য়েংলগা মী অমুগা য়ামনা য়েকপা ঙম্বা লাইয়েকপনী । শ্রীশর্ম্মানা মশানা খুংথেক শাথেক উৎলগা লাইয়েকপা হৈবো অসিনা ফজনা য়াম্না য়েকলে অমুগা অমুকম্মু খুংথেক (হস্তক) পুম্নমক্কী মথাদা শ্রীশর্ম্মানা মহু করম্বা শাথেকতা শিজিন্নবা য়াবগে তাকলি । হায়রগী মমিং চংলবা চিফ কমিশনার মিথুনা ইঙো নহাক্কী এম, ডি, ইউদা উৎথিবা জগোই কয়া য়েংলগা ইঙোবু কৌথংতুনা জবহরলাল নেহরু মণিপুর ডান্স একাডেমীগী গুরু হাপচিনবসি চিপ কমিশনার অমুগী মিংয়েং থাজনা ইঙো নহাক্কী থম্মোয়ম্নুংদা কুইনা পোমহুনা শাংঙমদনা লৈরম্বা মহৈগী থম্বাল শাংহল্লগা মৈতৈ ভাবোক থোইমুশিংদা অনৌবা থোইহি কংহল্লে । ঐখোয়গী পিক্রবা থম্বালসে মৈতৈ জগোই লৈরাং হৈবা থম্বালশিংগী থম্বাল অমত্তা ? লাইরিক অসিগী শিংজেল লৈনম কুইনা লৈহনবীনবা পাথংবা ইবুংঙোদা নিজরি । ইতি

ইঙোগী

শ্রীয়েংখোম তম্মা সিংহ

তাং ১০ | ২ | ৭৮ ইং  সাহিত্য ভূষণ ।



I have read the book "Meitei Jagoi Khuthek" by Shri Thambal Sharma in its manuscript from. It is interesting to see the various movements well illustrated. This book when printed will be of great help to those beginners. The illustrations will give some idea of the speciality of the Manipuri Dance as distinguished from other schools of Indian Dance.

( Dev Kishor Sharma )
Principal
Manipur Sangeet Mahavidyalaya
( Music College )

Imphal,
the 1st. July, 1968.

---

The "Meitei Jagoi Khuthek" written by Shri H. Thambal Sharma has been read by me. Outsiders feel that there are no hand gestures in Manipuri Dance. This book will enlighten their doubt and feelings. It is believed that this book will create a new era in the history of Manipuri Dance. I feel that this book will widen the popularity of Manipuri Dance. Students will find it most usefull in learning Manipuri Dance in a scientific way.

I am looking forward in seeing the book printed.

S. Bhubon Singh
Hony/Secretary
Manipur Dramatic Union.

Imphal,
13/6/68

Singing and dancing are tow different things. One may be a good singer without being a dancer. The happy combination of the two in the person of a single man is rare. A man may sing both in public and alone in solitude—the former to satisfy both the hearers and himself and the latter often to satisfy his own heart. Dance, on the other hand, is performed mainly for the audience and himself at the same time and place. If a dancer dances all by himself not for practice but in earnest then he is oftern said to have gone astray. Dance can move the human heart. As in the case of song, man's joys and sorrows can be expressed by dance. The purpose of dance to inspire and move the human heart, however can only be served through the proper manifestation or silent eloquence indicated by various processes of making facial expression, moved of the body, limbs (hands and feet ect.). They carry the meaning. The success of dance therefore depends on the manner in which the hands are used to convey or communicate the meaning and import of the heart of feelings or the danee to the audience

The prime necessity, therefore, for dance is the techniques for the movement of hands and fingers which can express the workings of the human feelings—hard, tender and rough as the case may be, and also the shape of things and actions.

Shri Thambal Sharma's book on "Meitei Jagoi Khuthek" dealing with " mudras " provides a lot of guide-lines to the learners of dance.

I am confident that if the book is properly studied it will serve a useful purpose for acquisition of proficiency in the field of danee. It will remove a long felt want.

I shall be glad to see the book find favour with dance students.

Sd/- S. Gourahari Singh.
Secretary, Manipur Govt.
Jawaharlal Manipur Danee Academy,
Imphal,

Imphal,
tpe 15th Dec. 1967

I have carefully read Shri Thambal Sharma's manuscript on "Meitei Jagoi Khuthek" passed on to me by the author for my comment. I am agreeably inclined to say that it will be a valuable monograph if it is got printed. The writer has lucidly illustrated the various hand gestures of Manipuri dance based upon the traditional "Lai Haraoba" dance of the Meiteis and has explicated the the significance of the varions inarticulate movement of hands.

In writing this manuscript Shri Sharma has consulted some very important books like Abhinaydarpan of Dr. Abanindra Thakur, Meitei Laiharaoba of Shri Ng. Kulachandra Singh and Shri M. Chandra Singh's unpublished notes on Khuthek Jagoi ; besides he has consulted a number of living Curus of outstanding repute Manipuri dance.

I am sure that publication of this manuscript and its translation into other languages will add to the recognition and appreciation already given to Manipuri dance.

Sd/- Th. N. Singh<br>Principal,<br>Imphal College, Imphal.

Imphal,<br>2/6/68

---

## FOREWARD

Do *hastas* ( hands ) belong to the tradition of classical or traditional Manipuri Dance ? This is often a question which does not find a ready answer. There is a school of thought that talks about the hands being central to Manipuri dance. While there is also another school which believes that Manipuri dance has no *hasta* tradition. The point is that the original name of the *hastas* ( both single and combined ) appear to have been lost. It is like a book of which the first few pages have been torn out and we are now in the process of searching for the alphabets of Manipuri dance, more particularly of the abhinaya tradition

It is in this context that Guru Thambal Sharma of Jawaharlal Nehru Manipur Dance Academy took up a vigorous search and struggled to discover the world of hastas a few years back. He followed the hand gestures of traditional LAI-HARAOBA JAGOI more particularly the hands as depicted by the Maibis, the star performers of the Festival. There are four major sectors in the Festival viz, *Laiching Jagoi* ( invocation ), *Laibou Jagoi* ( birth of life ), *Yumsha Jagoi* ( construction of hut ) and *Pamyal Jagoi* ( preparing the ground for cultivation ). There are at least twenty hastas in *Laiching Jagoi*, 64 hastas in *Laibou*, 18 in *Yumsha Jagoi* and 39 hastas in *Pamyanba Jagoi*. There are repetitions no doubt and it is extremely difficult to indicate the alphabets of hands. Being inspired by such texts as *Abhinaya Darpana*, the author locates 31 hastas ( single hand ) and 21 combined hands,

indicating a world of affinities between the Natya-Shastra-Abyinaya Darpana tradition and the old Lai-Haraoba tradition. Of the names being given to each hand ( single or combined ), some belong to the invocation, some to Yumsha Jagoi, while the rest belongs to Laibou Jagoi. Here a finger can be raised to the effect that these are arbitrary names based on the use ( Viniyoga ) of the hands. The author pleads guilty to the change but firmly submits that there are hastas in Manipuri Lai-Haraoba, waiting for discovery and recognition. It is possible that there were original names associated with all these basic hastas and out of sheer neglect and indifference these have been clean forgotten and we adopt whatever names which suit us, for that matter, the author who makes the choice of names.

In any case, this is a pioneering attempt on the part of the author to establish a hasta tradition with an invitation to the scholars to undertake more vigerous research and scrutiny. This serious attempt, as reflected in this 80-page book needs understanding and the author is to be congratulated upon for this excellent venture. It adds richness to the understanding of Manipuri Dance.

Being situated in the tantric Zone of North Eastern India, Manipur betrays remarkable evidence of tantric cult. The term Manipur itself might, possibly represent one of the six chakras associated with Kundalini Yoga. Even the Lai-Haraoba Festival speaks about Shiva and Devi in Manipuri version and the Maibis dedicate their prayer to Lord Shiva It would be no surprise, therefore, that the Natya shastra tradition of hastas found deep roots in ancient times and that their original Sanskrit nomanclature appears to have been entirely forgotten. It is, however, only a sunrise and there are only, to go before we discover

the reality of the hastas but to any knowledge at least, the hastas belong to Manipuri tradition and scholars have to go a little deeper into the world of Lai Haraoba tradition and discover the meanings associated with it. The abhinaya associated with the Ras Leela tradition represents only an extension of it.

I am confident that this small volume enriched with illustrations, shall be an eye-opener in the field of research in Manipuri dance.

Prof. E. Nilakanta Singh
Director,
Social Welfare and Arts and Culture,
Manipur.

শ্রীহিদংমেয়ুম থবাল শৰ্মানা থিজিন-খোংচিল্লুনা রিসার্চ তৌহনা পুথোরকপা "মৈতৈ জগোই খুংথেক" মনফুগা। ফুম্না পারে নৈনবে, লাইরিক অসি লাই হরাওবগী খুংথেকশিংদগী থম মথৈ থনগৎলগা থমগৎলিবা খুংথেকশিং অসিনা কার করিদা অভিনয় তৌবা যাবা করম কয়না শিজিন্নবা যাবা হায়বা অহু ফুপ্পা নৈনহনা বিনিয়োগ তৌহনা পুথোকপা লাইরিক অসিনা মৈতৈ জগোয় অভিনয় তৌবদা অমম্নং নত্ত তৌবদা মপুং ফাবগনি হায়নিংই। মতুংদসু শ্রীশর্মানা মৈতৈ জগোইগী মরমদা অতৈ কয়াসু পুথোরকখিসনু। ইতি

*R. K. Priyogopalsana*
প্রিন্সিপাল
জবাহরলাল নেহরু
মণিপুর ডান্স একাডেমি।

তাং ২৪ | ১০ | ৮০ ইং।



# মৈতৈ জগোই খুংথেক

জগোই খুংথেক হায়বসি খুংকী খুংচাশিংনা অমগা অমগা পুনশিন্নহনা শম্নহনা থাইদোক্নহনা থেকচিন্দুনা মগুং অমা ওইনবা শান্নিবা অহনূ জগোই খুংথেক কৌই।

জগোই খুংথেক অসি মখল অনি থোক্না থাইদোকলি. মহাক্দি— খুং নাম্মগী জগোই খুংথেক. খুং অনিগী জগোই খুংথেক, অসুম্না মখল অনি থোক্না থাইদোকই।

খুং নাম্মগী জগোই খুংথেক হায়বদি খুং নাম্মতনা ওইগী খুং মতোমতনা অমম্মুং য়েংকী খুং মতোমতনা শাবা মগুং হায়বদি খুং অমত্তগী খুংচাশিংনা পুনশিন্দুনা খুংচাশিং অমগা অমগা পাইনহনা থাইদোক্নহনা খুংচা অতৈনা তিংবা অমম্মুং কোনশিনবা তৌহনা মগুং অমা শাবা অহনূ খুং নাম্মগী জগোই খুংথেক কৌই।

খুং অনিগী জগোই খুংথেক হায়বদি খুং য়েং ওই অনিমক পুন্না শম্নহনা খুং য়েং-ওই অনিমকী খুংচাশিংনা পুনশিন্নহনা পাইশিন্নহনা তিংথোকুনা খুংচা অমগা অমগা পাইনরগা অতৈনা তিংহনা অমম্মুং কোনশিন্দুনা করিগুম্বা মগুং অমা ওইনবা শাবনূ খুং অনিগী জগোই খুংথেক কৌই। খুং নাম্মগী ওইবা জগোই খুংথেক অদু খুং য়েং-ওই অনিনা পুন্না শাহনা শম্নহনা ওইবা খুং অনিগী খুংথেকনূ শাবা য়াওই।

খুৎ নাম্বগী জগোই খুৎথেক— খুৎ অনিগী জগোই খুৎথেককী মওং মতৌগী মরম অমস্তুং জগোই খুৎথেকশিং অসিগী শীজিন্নকপ্পচিংবগী মরম মথাদা হায়রকলি—

## খুৎ নাম্বগী খুৎথেক

লাইবক, লৈনা, লৈশাংপা, লৈপোম্বা, লৈহেকপা, লাইচিং, লাইতিন, লেংদোন, মরু পোথাইবা, চিরাই, কোকচি, পিতম, মিৎ, মিৎচি, নাথাং, নাতোন, খুকন্ড, থাং, নাতোন শুমাং, পম্বিং কোনবা, যাত্রা হনবা, নাকোং, খুমিং, নাপ, পাম্বোম, খুরাই, খুনিংথৌ, খুনাউবী, খুলাং, খুবোম, খুজেং ॥

খুৎ নাম্বগী খুৎথেকশিং অসিগী মশক মওং মতৌ মথাদা তাক্লি অমস্তুং খুৎথেকশিং অসিনা শীজিন্নবা মাবা কয়া খুৎথেক অমমমতগী ওইনা হায়জরক্লি ॥

## লাইবক খুৎথেক



লাইবক খুৎথেক

খুবাক তিনা থমলগা খুদোম্বীদগী খুনাউবী কাউবা খুৎচা মম্বিমক তিনা খুৎচাশিং নপনগনি। খুবীনা তিংলগা খুদোম্বীগী নাকলদা নমশিনগনি। শাম্বিবা খুৎকী মওং অসিবু লাইবক খুৎথেক কৌই।

লাইবক শাবা খুৎথেকপু শীজিন্নদুনা অভিনয় তৌবা মাবা পোৎশক থরা মথৈ হায়জরকে ॥

**শীজিন্নবম**

নোংথক্কা পাইবা নোংবু তাকপা, বন, অহিং, ফুরেল, অতিয়া, অরাংবা, ককথংপা, মুংশিং, ফুরা, মতিক মঙ্গল, খোঞ্জাল, খাবল, মুমিংকী মস্তাল, অইনকনবা, পাঙ্গল কনবা, শাউগনবা, ইথকইপোম, খোং থুদেকপা, লম্বী চংপা, চপ মান্নবা থনবা, হকচাংদা খাউনচিংবা তৈবা, ভুমিন লৈয়, ইশাগী কান্নবা, উনা, চুজোই, শোকপা, নিংথৌ, অসুম অসুম তৌবা, আশির্ব্বাদ, সমক্রু, অকবা মিংচং, ফজবা, চহি, থা, থাংশাং শংপা, নোংচুবা মতম, অরাংবা, অনেম্বা, নাকল, মশিং মঙা, কিয়ান, অমিনচিংবা অসি লাইবক শাবা খুৎথেক্না শীজিন্নদুনা অভিনয় তৌবা য়াই। মলশিংনা মকৈগল মপাম্বোমদা মুহুনা থমকা তৌবা।

## লৈনা খুৎথেক



লৈনা খুৎথেক

লাইবক শাবা খুৎথেক্কী খুনিংথৌ খুনাউবী অনিনা খুবাক ময়াইদা কোম্বরকুনা নপসিনগনি অদুগা খুদোম্বী ময়াই অনিনা জিংনা খুৎচা অনি অদু লন্না কাথোক্লগনি অসিগুম্বা খুৎ মওং অসিবু লৈনা শাবা খুৎথেক কৌই।

লৈনা শাবা খুৎথেক্না শীজিন্নবা য়াবা পোৎশক থন্না তাক্লি।

**শীজিন্নকম**

মশিং অনি, কাটি, উপাক, হোরাই, হৈজ্রাং, ছুরি, ফিরান, মচী, (মগী ইরোইগী শভাই শজিনচিংবা) সনথোং, থিম্বুনা তাকপা, অরাপ্পনা তাকপা, (আ-টু) চুরুট থকপা, থাংনা থিনবা, ছুরিনা থিনবা, অসিনচিংবশিং অসি লৈনা শাবা খুৎথেক্না শীজিন্নবা য়াই।

## লৈশাংপা খুৎথেক

লৈ শাংপা খুৎথেকী মওং-মতৌ শীজিন্নকপ্নচিংবা হায়রক্কে॥



লৈ শাংপা খুৎথেক

খুবী খুদোম্বী খুনিংথৌ খুৎয়াই খুৎনাউবী খুৎচা পুন্নমক্না কোই-রোক কোইনা খুবাক ময়াইরোমদা উমশিন্না খুৎচাশিং অহু লনবা চাং মান্নবা য়ুংবা লৈগনি (থম্বা) অসিগুম্বা খুৎ মওং অসিবু লৈ শাংপা খুৎথেক কোই।

লৈ শাংপা খুৎথেক্না শীজিন্নবা য়াবা পোৎশক খরবু তাক্লি॥

**শীজিন্নকম**

উহৈ, হৈনৌ, হুপীগী থবাক, করিগুম্বা পোৎ অমবু মথক মথা ওন্থোকপা, লৈ নাচোম, মখুম লৈশিনবা, উরুক লৈশিনবা, চথোম, বোল, কিবুল, কাংক্রম, থম্বাল পোমশাৎনবা, লোংজিন, শয়িক, উচেক মরুম, কপ কপ লাউবা, পিং পিং লাউবা, করিগুম্বদা মুংশাশোর

হোনবগী মরমদা চুক তাকপা য়াই, হায়রিবশিং অসি লৈ শাংপা খুৎথেক্না শীজিন্নবা য়াই ॥

## লৈপোম্বা খুৎথেক

লৈ পোম্বা খুৎথেকী মওং মতৌ অমসুং খুৎথেক অসিনা শীজিন্নগদবা মশক মরমশিং হায়জগে ॥



লৈপোম্বা খুৎথেক

খুবীদগী খুৎনাউবী খুৎচা পুম্নমক অসিগী মতোন পুনশিন্দুনা শম্নগনি ( পাইশিনগনি ) খুৎ মওং অসিবু লৈ পোম্বা খুৎথেক কৌই॥

লৈপোম্বা খুৎথেক্না শীজিন্নবা য়াবা অভিনয় তৌবা য়াবা মরম খরা উৎলি ॥

**শীজিন্নকম**

চথোম, থয়ো, থম্বাল অপোম্বা, চুম্পা, লদু থয়ো, কামদেবগী পঞ্চবান, পোৎ লৌখৎপা, মশিং মতা, নাচোম শেম্বা, চাক হৈনবা, অচাপোৎ হৈনবা, য়া ভাংথোকলকপা, পোকখাইবা, উমশিনবা অসিনচিংবা অসিদা লৈপোম্বা খুৎথেক্না শীজিন্নবা য়াই ॥

মত অমরোমদা উচেক লাংমৈদোং য়াইস্নমচিংবগী মওং মতৌ তাকপা উৎপদসু করিগুম্বদা শীজিন্নবা য়াই ॥

## লৈহেকপা খুৎথেক

লৈ হেকপা খুৎথেক্কী মওং মতৌ শীজিন্নকন্নচিংবা হায়রজগে ॥



লৈহেকপা খুৎথেক

খুবী খুলোম্বী খুৎয়াই খুৎচা অহুম অসিগী মতোন মল্লোন উমশিন্নদুনা শন্নরগা পাইশিন্নগনি অমসুং খুৎনিংথৌ খুৎনাউবী অনিনা খুবাক মন্নাইদা কোনশিন্দুনা নপকনি। মওং মতৌ অসিবু লৈহেকপা খুৎথেক কৌই।

লৈহেকপা খুৎ থেক্কা অভিনয় পীবা য়াবা উৎপা শীজিন্নবা য়াবা পোৎশক মরম থর হায়রজগে।

**শীজিন্নকন**

লৈ হেকপা, মুক্তা পরেং, লিকপরেং, পান্নখুদপ, মতুম ভাবা, রা ভাংথোকপা, মনম নম্বা, (মুংশিবা নমথিবা) চন্দন তকপা, তেন কাপ্পা, লগাম, (শগোল য়াচন্দা য়াউবা য়োৎনা শাবা মতুম ভাবা) কস্তুরী চন্দন, লাইরিক ইবা, লাইয়েকপা (টুরী পাইবা) মাইবম্নী হিদাক, (গুলিনচিংবা) অসিনচিংবশিং অসি লৈহেকপা খুৎথেক্কা শীজিন্নবা য়াই।

## লাইচিং খুৎথেক

লাইচিং খুৎথেকী মওং মতৌ অমসুং শিজিন্নবা অভিনয় তৌবা য়াবা থন্ন হায়রগে



লাইচিং খুৎথেক

খুবী, খুৎম্নাই, খুৎনিংথৌ, খুৎচা অম্তমনা খুবাকলোমদা কোম্বরক্তুনা খুৎতোন খুং'তান পুনশিন্নহনা পাইশিল্লগা খুনাউবী খুদোম্বী অনিনা য়ুৃ'না ভিঙ্গনি মসিগী মওং অসিবু লাইচিং খুৎথেক কৌই।

লাইচিং খুৎথেক্না শিজিন্নহনা অভিনয় তৌবা য়াবা পোৎশক থৌন্নম থন্ন উৎলি।

**শী'জিন্নকম**

কুশ শেংডংপা, কুশ পুনবা, মৈ পুজা তৌবা, দেব পুজা শামু, নোংশা. শক্তি, মাইবগী হীদাক, চাক থোংবদ., ভজ তৌবদা, সিংহাসন, থেব, শঙ্খ, (মনা ফনবা শা) থম্বাল পম্বেং, ভুম্রেন্দা পোং মৈলেঙ্গু চে' থোইদিংনচিংবা কংপা, চন্দন তকপা, হীদাক তকপা, হোম তৌবা অসিন'চ'বা অসি লাইচিং খুৎথেক্না শী'জিন্নহনা অভিনয় তৌবা য়াই।

---

## লাইতিন খুৎথেক



লাইতিন খুৎথেক

লাইতিন জগোই খুৎথেক্তা মওং মতৌ অমম্তুং মসিনা শীজিন্নবা য়াবা খর হায়রজগে।

লাইতিন জগোই খুৎথেক অসি সাধারন কৌনবদা চুমথা হায়না য়াম্না লাইনম্ন কৌনৈ।

খুদোংবী খুংয়াই অনি নপনগনি অতুগা খুবাকলোমদা খরদং কোস্তক তৌনা উপগনি, খুবিনা খুদোংবীগী নাকচেপ্পা নপদা খুবী মতোনগী তাং অমু মথকলোমদা হেনগৎহনগনি খুবীগা খুদোংবীগা অনিগী মরক্তা অহোবা অমা থমগনি অমম্তুং খুনিংথৌ খুনাউবী অনিনা মুনা তিংগনি. খুৎথেক মওং অসিনু লাইতিন খুৎথেক হায়না কৌই।

লাইতিন খুৎথেক্তা শীজিন্নবা য়াবা অভিনয় তৌবা য়াবা পোৎশক খর উৎচরি।

### শীজিন্নকম

চিন্না কামতুনা খোংবা য়াবা যন্ত্র উৎপা, ভুরেন্দা সমক্রুনা ভির্থনা যুবী কৎপা, লাইগী মুর্তিনা থাজনা য়েংবা, জগোই শাবা, ভোক্লা পাইহনা রা ভাংবা, সনা শাবনা উতোং পাইহনা মৈ কাপ্পা অসিমচিংবশিং অসি লাইতিন খুৎথেক্তা শীজিন্নদুনা অভিনয় তৌবা য়াই।

## লেংদোন খুংথেক

লেংদোন খুংথেক্কী মওং মতৌ অমসুং শিজিন্নকম মথং কনাউ নাইনা হায়জগে।



লেংদোন খুংথেক

খুবাক তিংনা খুংচাশিং নপনন্নগা খুবিদগী খুনাউবী কাউনা নপনগনি অহুগা খুংচা মতোল অপুমবদু খুবাক মন্নাইনোমদা কোন্থক থমগনী অসিগুম্বা খুংথেক মওং অসিবু লেংদোন খু থেক কৌই।

লেংদোন খুংথেক অসিনা শিজিন্নবা মাবা অভিনয় তোবা মাবা হায়জরি।

**শীজিন্নকম**

[illegible] খোন [illegible], থিকপা, চাইবা, মক লংবা, পোং কোংথংপা, মলশিংনা পান্থোমদা তাপ-তাপ থাবা, চন্দন থিনবা (মহাদেব লিংবগী চন্দন মথিন) কৌবা, লাউবা, ঈশিং শিংতোকপা, চংলো, রাথল তৌবা, অরাবা, (চিন্তা তৌবা) থদাং মেংপা হায়রিবশিনা অভিনয় তৌবদা লেংদোন খু থেক্কা শিজিন্নবা য়াই।

## মকু পোকখাইবা খুৎথেক

মকু পোকখাইবা খুৎথেক্তা মগুং মতৌ অমস্তুং খুৎথেক অসিনা শিজিন্নকম অমদি খুৎথেক অসিনা অভিনয় তৌবা য়াবা মথৈ উংলি।



মকু পোকখাইবা খুৎথেক

খুবী, খুৎযাই, খুংলিংথৌ, খুংডিবাগী মতোন মতোন ভুম শিননা পুনশিনগনা খুদোংখানা য়ুংনা থিনগৎকনা, খুংথেক মগুং অসিমু পণ্ডিতশিংনা মকু পোকখাযবা খুৎথেক কৌই।

মকু পোকখাইবা খুৎথেক্তা শিজিন্নদুনা অভিনয় তৌবা য়াবা থক মথৈ উংলি।

**শীজিন্নফম**

য়াইফ অমা, মশি অমা, মশিং থিবা, মশিং চাম, সুমিং তাবা, থিন্দুনা তাকপা, অহ, মহ, নসি, অনুং অচিকপা, তুজুংবা, চক্র (অকোইবা) চঞ্চু শাবগী খুংফম, তুহিন লৈয়ু, শীংবা, চিত্র তৌবা দেব দেবীশিংনা চক্র পাইবা ৬পা। উরুক্র লৈবা। অসিনচিংবা অসি মকু পোকখাইবা খুৎথেক্তা শিজিন্নবা য়াই

## চিরাই খুৎথেক

চিরাই খুৎথেক্কী মওং অমস্তুং শিজিন্নকপ হায়রজগে।



চিরাই খুৎথেক

খুদোম্বীন, চপ ম্রুনা চিঙনী খুৎদোম্বীগী মবুকপ খুবীনা চপ তিংনা নপবনী খুৎদোম্বীগী মখাওনগী মাং অনি শুবদা খুগী মতোননা তাগনী অরুগা খুৎথাই খুৎনিংগৈ পুনাইবী পুংচা অহুম্না খুবাক মরাইদা পাইশিনগনী মওং অদুনি চিরাই খুৎথেক কৌই।

চিরাই খুৎথেক্কা উৎপা য়াবা খুৎথেক অনিনা অভিনয় তৌবা য়াবা থর মথৈ কায়রজগে।

শীজিন্নখম

থজক্কা, মগোল মস্তোন, অশিকপা চেচেক, তিল, মসি, অহু, পোং অমদু থিন্দুনা তাকপা, কেতুম, মচিন অতুপা, থিনবা, উক্ক উক্ক লৈবা কলম, ভুরি, কাঞ্চন থাবা ফি, তুবা, লৈ লেংবা, অমস্তুং নুপীনা শাউরকপদা শিজিন্নি। অনিনচিংবা কয়া অসি চিরাই খুৎথেক্কা শিজিন্নবা য়াই।

## কোৰ্কচি খুৎথেক

কোকচি খুৎথেক্কী মওং মতৌ অমস্থুং শিজিন্নকমনচিংবগী মন্নমদা হায়রি।



কোকচি খুংথেক

খৎদোক্পী খুৎয়াই খুনিংথৌ খুৎনাওবী খুৎচা মরি অসিনা খুবাক ময়াইদা পাইশিনগনী অমস্থুং খুবীনা মুংনা তিঙ্গনী খজিক্ত-দা খুদোমবীগী নাকচেক্তা নপকনি। মওং অসিবু কোকচি খুৎথেক কৌই।

কোকচি খুৎথেক্কা শিজিন্নগনবা উত্তমা অভিনয় তৌবা য়াবা থন্নদং হায়জরি।

**শীজিন্নকম**

মরু লংবা, শম পাইবা, খুতুম্না থাবা, শাংবা, পোৎ পাইবা, গদা, লিরুং পাইবা, গোং, শিংজং পাইবা মলশিংনা শীংনবা, পুক্তিং লেংদবা, য়াথল চেংপা মুপানা জগোই শাবদা, শিজিন্নৈ, অকন অরিং শিংবা, কিননা থিনবা, খঙ্মোই কনবা, চৈণ্ড পাইবা, শাত্তিন তুম্না, ফিরান পাইবা, মোইবুং খোংবা, কোর্তাল পাইবা, তাল থাবা, অসিনচিংবশিং অসি কোকচি খুৎথেক্কা অভিনয় তৌবা য়াই।

## পিশুম খুৎথেক

**পিশুম খুৎথেক্কী মওং অমসুং খুথেক অসিগী শিজিন্নকমন-চিংবগী মওং মরম হায়জগে।**



পিশুম খুৎথেক

খুবীনা কৈনা তিংলগা লেমহৌবা খুৎচা মরিনা খুবাক ময়াইদা কোশিন্নুনা পাইশিনগনী ( থমগনী ) অসিগুম্বা মওং ফিডম অসিবু পিশুম খুৎথেক হায়না পণ্ডিতসিংনা হায়।

কোবটি খুৎথেক্কা শিজিন্নবা য়াবা অভিনয় তৌবা য়াবা খর হায়রি।

**শীজিন্নকম**

লিকুং পাইবা, শাইরোং পাইবা, লেংদবা য়ুম্বী। শোইদনমক শরিক খিংবা, তর্পণ তৌবা, পিণ্ড পিবা, নমথাইবা, রাখল মকালাম্বা, নিংশিংবা, নক্তে-নক্তে হায়বা, য়াদবা মনাক্তা ইনাক্তা, খাংদা পুনবা, খাংজেং লাকপা, য়া, কামভাব ( নুপীনুপাগী নুংশি-নুংঙন ) কামদেব, শিবলিঙ্গ উংপা নমথাইবা, কিং-কিং নম্বা, চক্রি তকপা, করিগুম্বা মঙ্গ থকপা তাকপা, অকোইবা পোৎ অমবু লৈথোক লৈশিন তৌবা, মিং নোইবা, খুদকপা, থেকতংপা, অসিন-চিংবশিং অসিগী অভিনয় তৌবদা পিশুম খুৎথেক্কা শিজিন্নগনি।

## মিং খুৎথেক

**মিং খুৎথেকী মওং মতৌ অমস্থং শিজন্নকম হায়রগে।**



মিং খুৎথেক

খুবী, খুদোম্বী, খুৎচা অনিগী মতোন-মতোন পাইনরগা অনিগী ময়াইদা খুবী অমগী প্রায লাপহনগনী অমস্থং খুয়াই, খুনিংথৌ, খুনাউবীনা ময়াইথংবা তাং-তাং শমনরগা মুংনা তিংগনি, খুৎ মওং অসিবু মিং খুৎথেক কৌই।

মিং খুৎথেক্কা শিজন্নহনা অভিনয় তৌবা য়াবা খন্নদং উংলি।

**শীজিন্নফম**

তুলশি মনা চেকপা উংপা, মঙ্গল ওইবা পোৎশক. লং কিশি কিবা, রারেপ, পাউন্তাক পিবা য়েক্তুম পাইবা, ফি ফোংপা ভুবা, লৈ লেংবা, ইবা, মল্লিকা, লৈ মচা, অকনবা, (মুং মচা মচেংকুপ্পা) পোৎ খনদোকপা, অরেখা তাবা, লিক লৈ, পরেং শিবা হুকপা, রাখল তৌবা, থাউমৈ চুখংপা বর্তি, তুচুংবা লৈ চিনবা-থেংপা, ঐ (ইশা) ইবা য়েকপা, অসিনচিংবা কয়াবু মিং খুৎথেক্কা শিজিংবা য়াই।

## মিংচি খুৎথেক

মিংচি খুৎথেক্কী মওং মতৌ অমসুং শিজিন্নকফমনচিংবা হায়রী।



মিংচি খুৎথেক

খুৎচা, খুবি, খুদোল্বী, খুৎয়াই, খুনিংথৌ, খুৎনাউবী নপনন। থম্লগা খুবাকলোমদা থক্তিকতং মতোল কোম্লগনী কোম্বরক্লিবা খুদোল্বী মতোল্লা খুবী মতোম্না পাইশিলগনী (নপশিনগনি) খুৎথেক মওং অসিবু মিংচি খুৎথেকনী হায়না পণ্ডিতশিংনা হায়।

মিংচি খুৎথেক্কা শিজিন্নদুনা অভিনয় তৌবা য়াবা থরদং উৎলি।

**শীজিন্নকফম**

গিলাস, (থক্নবা পাত্র) ঈশিং থক্পা, যু থক্পা, চুপ্পা, পোৎ থান্দাকপা, খুজিন থৌরাং তৌবা, পোৎ মচা মশিং থিবা, অচাপোৎ ইনবা, চাবা, কলম পাঙবা, তুলি পাঙবা, তৌদি, কামদুনা খোংবা যন্ত্র, তেল কাপ্পা, চন্দন থিনবা, (চন্দন চৈনা) ছাপা থাবা, অসিনচিংবা অসিগী অভিনয় তৌবদা মিংচি খুৎথেক্কা শিজিন্নগনী।

## নাখাং খুংথেক

নাখাং খুংথেককী মওং মতৌ অমম্বুং মসিনা শিজিন্নগদবা থর হায়রজগে।



নাখাং খু ংথেক

খুদোমবীদগী খুনাউবী ফাউবা খু চা মরিমক খুবাক ময়াইদা কোমশিনগনী খুবিনা য়ুংনা তিংহুনা থমগনী খুংথেক মওং অসিবু নাখাং খুংথেক হায়না কৌই।

নাখাং খুংথেক্না শিজিন্নহুনা অভিনয় তৌবা য়াবা মরম থয়দং উংলি।

শীজিন্নফম

লিক্লং, লেংদবা য়ুমবী, শোইদনমক, শরিক খিংবা, নিংশিংবা, নক্তে, য়াদে, ইনাক, মনাক, পুনবা, থাংজেং লাকপা, চক্রি তকপা, মহি থককে থকত্ত হায়না ইঙ্গিত তৌবা, অকোইবা পোং অমবু লৈথোক লৈশিন তৌবা, মিং নোইবা কামভাব উংপা। অসিনচিংবা অসিগী অভিনয় তৌবদা নাখাং খুংথেকনা শিজিন্নবা য়াই।

## নাতোন খুৎথেক

নাতোন খুৎথেককী মওং মতৌ অমসুং শিজিন্নকমগী মরমদা উৎলি।



নাতোন খুৎথেক

খুবী, খুৎদোমবী, খুয়াই, অহুম অসিনা মতোন-মতোন পুননা পাইশিনল্লগনী খুনিংথৌ, খুনাউবী, অনিনা খুনমলোমদা য়ুংনা তিংহনা থমগনী খুৎথেক মওং অসিবু নাতোন খুৎথেক কৌই।

নাতোন খুৎথেকনা শিজিননবা য়াবা অভিনয় তৌবা য়াবা ময়ম থরদং উৎলি।

**শীজিন্নকম**

লৈ নাচোম, লিক পরেং, লৈ পরেং, খোই-কুয়াক, খুদোপ শিবা, মনম মুংশিবা, চন্দন তকপা, হিদাক তকপা, মাইবগী শুলি, নাচোম শেমবা, কলম, ইবা য়েকপা, চাবা, কুশিদগী ঈশিং হৈবা, অসিনচিংবা অসি নাতোন খুৎথেকনা শিজিননহনা অভিনয় তৌবা য়াই।

## নাত্তোনশুমাং খুৎথেক

নাত্তোনশুমাং খুৎথেক্কী মওং কিতম অমত্তুং খুৎথেক অসিনা শিজিন্নবা য়াবা থর হায়জগে।



নাত্তোনশুমাং খুৎথেক

খুদোমবী, খুৎয়াই, খুনিংথৌ, খুৎচা অহুম অসি নপননা তিংনা থমগনী খুবী, খুনাউবী, খুৎচা অনিনা খবাক ময়াইরোমদা কাক্তোক্তুনা কোম্বহনা থমগনী খুৎথেক মওং অসিবু নাত্তোনশুমাং খুৎথেক কৌই।

নাত্তোনশুমাং খুৎথেকনা অভিনয় তৌবা য়াবা মরম থরদং উৎলি।

**শীজিন্নকম**

কৈ, হত্তোই, য়োং ময়া কবা, থনবা, লিন অচোবা, ময়া কাথোকপা, হকাম চনবা উৎপা, কৈনা ময়া কাথোকপা, পোৎ অমদা নমলগা চোংবা, অম্বুক চাউই হায়বা, থদাং মেৎপা, হকচাং নোইবা, কোক্তা পোৎ পুবা, অসিনচিংবা অসি নাত্তোন-শুমাং খুৎথেকনা অভিনয় তৌবা য়াই।

## খ্বাং খুৎথেক

খ্বাং খু:থেক্কী মওং মতৌ শিজিন্নকম হায়রগে।



খ্বাং খুৎথেক

খুদোমথী, খুৱাই, খুনিংথৌ, খুনাউবী, খুৎচা মরি অসি নপনবা তিংনা থমগনী অহুগা খুবীনা ফাকোকনী অমমুং তিংনা থমগনী মসিগী খুৎথেক মওং অসিবু খ্বাং খুৎথেক কৌই।

খ্বাং খুৎথেকনা অভিনয় তৌবা য়াবা মরম খর মথৈ উৎলি।

**শীজিন্নকম**

নিপাননি পানবা থা, অচাপোৎ হাপ্পা পাত্র, গুক পাইহনবা ইনবা, য়াথল পোক্লকপা, খ্বাং মেৎপা, লাইবক্কা হমাং তৈথোকপা, হকচাংদা নানবা, খোরি, ঙকশম, অঙাং পমথংপা, ব্যবহার তৌবা ব্যবহারদা য়া ঙাংবা। অসিনচিংবা অসিগী অভিনয় তৌবদা খ্বাং খুৎথেকনা শিজিন্নবা য়াই।

## খুকউ খুৎথেক

খুকউ খুৎথেকশী মঙং খুৎভং অমত্তং শিজিন্নবগী মরম থারজগে



খুকউখুৎথেক

খুবী, খুনাউবী, খুৎচা অনিনা ফাকতোক্লনা চিংনা থমগনী খুয়াই, খুনিংথৌ, খুদোমবী, খুৎচা অহুমনা খুবাক ময়াইরোমদা খুৎচা নপননা কোত্তুকনা থমগনী খুৎথেক অসিবু খুকউ খুৎথেক কৌই।

খুকউ খুৎথেকনা অভিনয় তৌবা য়াবা মরম থরদঃ উংলি।

**নীতিমুকম**

যন্ত্র খোংবা, তুপী, চক্র, তকপা, অকিবা, রাথোকপা, চাননববু কৌবা, চৎলো, লৈয়ী অহুম, চন্দন শিনবা, শক্তি, অঙাং পমবা, ছাতিন, পে নচিংবা, তুপ্পা অসিনচিংমশিং অসি খুকউ খুৎথেকনা অভিনয় তৌবা য়াগনী।

## পরিং কোনবা খুৎথেক

পরিং কোনবা খুৎথেকসি মওং মতৌ অমম্বং খুৎথেক অসিনা শিজিন্নবা য়াবশিংদু তাকলি।



পরিং কোনবা খুৎথেক

খুবী খুদোংবী, খুৎচা অনিগী মতোন মতোন শমনগনী খুয়াই, খুনিংথৌ, খুনাউবী, খুৎচা অহুম্না অমগা অমগা নপনরগা তিংনা থমগনী খুৎথেক মওং অসিবু পরিং কোনবা খুৎথেক কৌই।

পরিং কোনবা খুৎথেক অসি শিজিন্নদুনা অভিনয় তৌবা য়াবা মরম খর উংলি।

**শীজিন্নফম**

তিন (অকিবগী মশক শুইবা) মল্লিকা, লৈ মচা মুক্তা, লোং মরিক, ধুপ থাবা, চিকথংপা উতোং, উতোং পাঙ্গদুনা মৈ কাপ্পা য়েন্তুম পাইবা, লৈ লেংবা ; অসিনচিংবা অসি অভিনয় তৌবদা পরিং কোনবা খুৎথেক্তা শিজিংবা য়াই।

## যাত্রা হুনবা খুৎথেক

যাত্রা হুনবা খুৎথেকী মওং অমস্তুং শিজিন্নকপু হায়রি।



যাত্রা হুনবা খুৎথেক

খুদুম পাইশিল্লগা খুদোংবীনা যুনা তিংহন্না থমগনী খুৎথেক অসিবু যাত্রা হুনবা খুৎথেক কৌই।

যাত্রা হুনবা খুৎথেক্তা অভিনয় তৌবা য়াবা থয় উৎচরি।

শীজিন্নফম

তুমিন লৈবু, মশিং অমা, মশিং থিবা, মচিন তুম্বা পোৎ য়েত্তুম, অহু, মহু, মসি, নুমিৎ তাবা, অচিকপা, চনু শাবগী নুংকান লৈবা, রাথল তৌবা, কিন্নান, তু-চুংবা, রাহৈ অমা, ত্রিভূবন (মরোল অহুম) শম, চক্র পাইবা, অসিনচিংবা অসিগী অভিনয় তৌবদা যাত্রা হুনবা খুৎথেক্তা শিজিন্নবা য়াই।

## নাকোং খুৎথেক

নাকোং খুৎথেক্কী মওং মতৌ অমসুং শিজিন্নকপগী মরম হায়রগে।



নাকোং খুৎথেক

খুবীনা খুদোঙ্গী মতোঙ্দা পাইগনা খুৎচা অতৈনা শন্দোক্লা তিংগনী অসিগুম্বা খুৎথেক মওং অসিবু নাকোং খুৎথেক কৌই।

নাকোং খুৎথেক্কা শিজিন্নহনা অভিনয় তৌবা য়াবা মরম খর মখৈ উংলি।

শীড্রি ক্রম

বর্ত্তি চুখৎপা, ধূপ থাবা, লৈ লেংবা, অরেক্না তাবা, লৈ থেৎপা, নাশিকা লৈ মচা হেকপা নাচোম শেংনা চন্দন থিনবা, কাজ্জল থাবা পাইগ্গনা মশিং থিবা লৈ পরেং, লিক পরেং শিবা, হুকপা, রাগ্রেপ পাউভাক মণ, শগোন, হৈরোইনচিংবগী মনা উৎপা খদাং শোঙ্গনা রাখল তৌবা, নাদা নাইল চিনবা, ঐহাক ফিজি পাইবা চিংবা লোম্না চৎপা (মুপীনা মশানা শেৎলিবা ফিজি পাইবা) ফিরোল শেৎপা লৌথোকপা, কোক খুনা, কিশি কিবা, মিৎ খিত্তং অসিনচিংবসিবু অভিনয় তৌবদা নাকোং খুৎথেক্কা শিজিন্নবা য়াই।

## খুনিং খুৎথেক

### খুনিং খুৎথেককী মওং কিবম অমসুং শিজিন্নকম তাকলি



খুনিং খুৎথেক

খুদোংবী, খুৎয়াই, খুনিংথৌ, খুনাউবী, খুৎচা মরিনা মথং মথং নপশিন্নরগা যুংনা তিংনা থমলগা খুবানা খুনাউবীগী মথোংদা নপলগা থমগনী অসিগুমবা মওংগী খুৎথেক অসিবু খুনিং খুৎথেক কৌই।

খুনিং খুৎথেক্না শিজিন্নহনা অভিনয় তৌবা য়াবা থন্ন মথৈ উৎলি।

**শীজিন্নকম**

মশিং মরি, থাবৈ মতুপ মতুপ. আরতি তৌবা, রুমালনা তৈথোকপা. থমবাল মকা, (মনা) মন্ত্র শোনবা, লাইদা ঘী কৎপা, যোগীশিংনা ধ্যান তৌবা, কর্ম্মা মালা চৎপা। অসিনচিংবা অসিবু অভিনয় তৌবদা খুনিং খুৎথেক্না শিজিন্নবা য়াই।

## নাপ খুংথেক

নাপ খুংথেক্কী (চন্দ্রা ওকপী) মওং মতৌ অমত্তুং শিজিন্নরমগী মরমদা হায়গে।



নাপ খুংথেক

খুনাউবীদগী খুবা খুংচাশিং অসিনা য়ুংনা খুনাউবীদগী মথং মথং ওইনা খুবাক ময়াইরোমদা লৈরকনী খুংচাশিং য়ুংগনী মওং অসিগী খুংথেক অসিবু নাপ খুংথেক ( চন্দ্রা ওকপী ) কৌই!

নাপ খুথেক্লা অভিনয় তৌহনা শিজিন্নবা য়াবা মরম খর উংলি।

শীজিন্নযম

থমবাল শাংকোইবা, মুপীগী থবাক, কাইনবা, মিংশেল য়েংবা ধর্ম্মা থংবা, পুক্লিংদা শাউবা, প্রাক-প্রাক লাউবা মখোল, মিয়াম তিনহনা নিনবা, নোইথাইবা, জগোই শাবা, বাহংবা, ফজবা, পুঞ্জি, পাং অসিনচিংবাশিং অসি নাপ খু থেক্লা অভিনয় তৌবা য়াই।

## পাম্বোম খুংথেক

পামবোম খুংথেকী মওং মতৌ অমস্তুং মসিদা শিজিন্নগদবা হায়গে।



পামবোম খুংথেক

খুবী, খুদোমবী কাকননা তিগনী খুংচা অহুম্না খুবাক ময়াই-লোমদা কোনথগনী খুংথেক অসিবু পামবোম খুংথেক হায়না পণ্ডিতশিংনা হায়।

পামবোম খুংথেকনা শিজিন্নহুনা অভিনয় তৌবা য়াবা খরদং হায়রি।

**শীজিন্নকম**

পামবোম কাবী, ( লৈতেং ) খুবোম য়াই, মগা কাহুনা হা হা কামবা চুক লাক্কুনা ইনবা, খৌরি পাইবা, গিলাস ( ঈশিংনচিংবা থকনবা পাত্র ) হায়বিবশিং অসি পামবোম খুংথেকনা শিজিন্নহুনা উংশা অভিনয় তৌবা য়াই।

## খুংয়াই খুংথেক

খুংয়াই খুংথেককী মওং মতৌ অমম্তুং শিজিননবা য়াবা থরদং তাকলি।



খুংয়াই খুংথেক

খু য়াইপা খুবীগা মতোন মতোন শমনগনী খুংচা অক্তয়া খুংমলোমদা কোস্তকনা থাঙ্গ'কনি খু'থেক মওং অসিবু খুংয়াই খুংথেক কৌই।

খু'য়াই খুংথেকনা শি'জন্নগদব' অভিনয় ভৌবা যাবা থরদং উংলি।

**শীজিন্নফম**

খোইমু, খুজি, চিকথ পা, নাশিকা, লৈমসা, কুয়াক, কোকিল, হিদাক থকপা, চন্দন ভকপা চন্দন কাপ্পা, পাউতাক পিবা, হয়িং, কাং, নাগী লৈহেং (চোমাই মকর কুণ্ডলনচিংবা) অসিশিংবু অভিনয় ভৌবদা খুংয়াই খুংথেকনা শিজিননগনী।

## খুনিংথৌ খুংথেক

**খুনিংথৌ খুংথেকী মওং মতৌ ১মুং শিজিন্নকমগী মরমদা হায়জগে।**



খুনিংথৌ খুংথেক

খুনিংথৌগা খুবীগা মতোন শমনরগা পাইনগনী খুংচা অতৈনা খুনমলোমদা মুংনা থমগনী মসি চপত্তিংবমক্তি নত্তনা লেকলপ থমগনী খুংথেক মওং অসিবু খুনিংথৌ খুংথেক কৌই।

খুনিংথৌ খুংথেকনা শিজিননফুনা অভিনয় তৌবা য়াবা মরম থর উংলি।

**শীজিন্নকম**

রাংহোং, উচেক, ওথোকপা, চন্দন খিনবা, কাপ্পা, তুলসিমনা কংপা, পাউভাক পিবা, মকৈ যান্নবা পোং' লৈ মচা. শাস্ত্রগী বিচার ( নৈনবা ) তৌবা, নাশিকা, অপিকপা পোং পাইবা, মনম নমবা, গুলি চাবা ( হিদাক ) অসিনচিংবা অসিগী অভিনয় তৌবদা খুনিংথৌ খুংথেকনা শিজিননবা য়াই। ( লাইদা পোং কংপা, কলিবা পো শক অতুদা তুলশি মনা হাপ্পা হরিখাগোক মনা হাপতুনা কংপা ) অসিনচিংবগী অভিনয় তৌবদা খুনিংথৌ খুংথেক্লা শিজিন্নবা য়াই।

## খুনাউবী খুৎথেক

খুনাউবী খুৎথেক্কী মওং মতৌ অমদি মসিনা শিজিন্নগদবা থর হায়রজগে।



খুনাউবী খুৎথেক

খুনাঙ্গীনীগা খুনীগা মতোন মতোন শমননা পাইনগনী খুন্নাই, খুনিংথৌ, খুদোঙ্গী অহমনা কাবক কাংনা লমনা ছিক্কনী মসিগী খুৎথেক মওং অসিবু খুনাউবী খুৎথেক কৌই।

শীতি ঙ্ঘম

লিনগী মচৈ, হৈরিখাগোক মনা, মচিন অহুম লোংবা খুৎলাই, ত্রিশুল, চন্দন থিনবা, মশিং অহুম, লোংজিন, অসিনচিংবা অভিনয় তৌবদা খুনাউবী খুৎথেক্কা শিজিন্নবা য়াই।

## খদাং খুংথেক

খদাং খুংথেককী মওং মতৌ অমসুং শিজিন্নকমনচিংবা তাকনি।



খদাং খুংথেক

খুদোম্বী, খুয়াই, খুনিংথৌ, খুনাউবী নপননা তিংহনা থমগনী খুবীনা কোনশিনলকুনা খুয়াইগী মখোংদা নপতুনা থমগনী, খুংথেক মওং অসিবু খদাং খুংথেক কৌই।

খদাং খুংথেকনা অভিনয় তৌবা য়াবা মরম খরদং উংলি।

শীজিন্নরম

মশিং মরি, খাবৈ, চামোছ, কংথোকপা, মতুপ মতুপ ওইবা, আরতি (ধুপ বর্তিনা কর্পূরনা আরতি তৌবা) রুমাল পাইহনা মাইদা নানথোকপা, মুসলিমশিংগী সলাম খুরুম্বা, কোর্বেগ পাবা অসিনচিংবা অসি শিজিন্নহনা অভিনয় তৌবদা খদাং খুংথেকনা শিজিন্নবা য়াই।

মত অমদা—কোরি, সনা, য়োং, মহাউ, মিং, ঘী থাউ, খজিকং, কস্তুরী (শক্তি জ্বাং ওমগী থোইদোকপগী থোকপা পোং মনম হুংশিবা পোংশক অমনী।

## খুবোম খুৎথেক

খুবোম খুৎথেকী মওং মতৌ অমদি শিজিন্নফম মরমশিং ফাগ্নরি।



খুবোম খুৎথেক

খুবীগা খুদোম্বীগা তিংনা ফন্দোকনী খুয়াই, খুনিংথৌ, খুনাউবী খুৎচা অহুম্না খুবাক ময়াইরোমদা কোম্থক তৌগনী খুৎথেক অসিবু খুবোম খুৎথেক কৌই।

খুবোম খুৎথেক্লা শিজিন্নবা য়াবা থর মথৈ উংলি।

শীজিন্নফম

ছুই ( পাদম অশাংবা ) লুকপ কোইরোক কোইবা, কোয়েৎ, কোক্তা পোং পুবা, উ কাবা, উখোং পাইবা, উহোং অহোবা, অঙাং পম্বা, মতুক পাংথনা ইন্বা, অশুক চাউই হায়বা। অসিনচিংবা অসিবু খুবোম খুৎথেক্লা শিজিন্নহনা অভিনয় তৌবা য়াই।

## খুৎজেং খুৎথেক

খুয়াই, খুনিংথৌ, খুনাউবী খুৎচা অহুম অসিনা মপনরগা তিংনা থমগনী খুদোঙ্গীনা কাক্তোক্লুনা ফলদোকনী অমম্বুং খুবী কপ্পোক্লুনা তিংনা থমগনী খুৎথেক মওং অসিবু খুজেং খুৎথেক কৌই। মথাদা উৎলিবা অসিনী।



খুজেং খুৎথেক

খুৎজেং খুৎথেক্না শিজিন্নবা য়াবা অমম্বুং অভিনয় তৌবা য়াবা থর উৎলি।

**শীজিন্নকম**

থা, অচাপোৎ লাল্ল পাত্র, রাথল পোকপা, লাই অভিষেক তৌবা, মুকুট, মঙং মতৌ, অরাবা বাখল, নিংশিংবা, ঐমা মাংলে, হকচাংদা পাইবা, শোকপা, অসিনচিংবা অসি শিজিন্নদুনা অভিনয় তৌবদা খুজেং খুৎথেক্না শিজিন্নগনী।

———— —

মথক্তা খুৎ মাপগী জগোই খুৎথেককী মরমদা হায়রজথে, মথং অসিদা খুৎ অনি পুন্সিনবা শাবা খুৎথেককী মরমদা হায়রজগে।

## খুৎ অনিগী জগোই খুৎথেক

খুবাক, চনিং থাকম, লৈপেক, লবাই, থরোম, খোইরো, কৈগল, চিনবান অক থা, থা, থবাক, খোরিত্তোংবম, লুপম, থাকেল, চুকথুংবা, থাক্সা পাবা, লেংলোন, চিরোং-চিরেন, থাং, ইকুপা, তাকম, হকচাং লাংথুম খুজেং লৈবী। খুৎ অনিগী খুৎথেক্তা মশিং ২১ (কুনমাথোই) অসিভংগী মতুং মতৌ অমম্নং খুৎথেক অসিমা তৌবা থাবা থরগী মথেদং ইজরি।

মথক্তা হায়জখিবা খুৎ নামগী খুৎথেক অসিনা হায়বদি খুৎ নামগী খুৎথেক অহু ওই-য়েংকী খুৎ অনিমক্তা মতুং অহু শারগা খুৎ য়েং ওই পুনশিনহুনা খুৎ অনিগী জগোই খুৎথেক অসি শাবা যাব খুৎথেক কয়াম্ব থাউরি; মরম অসিনা খুৎ অনিগী খুৎথেক হায়না হায়জবনি। খুৎ অনিগী খুৎথেক অসিদ খুৎ নামনা মতুং অমা শারগা খুৎ নামনা খুৎ মতুং অমা শারগা পুনশিনহুনা শাবা খুৎথেক কয়াম্ব থাউই।

## খুবাক খুংথেক

খুবাক খুংথেককী মওং ফিবম অসম্বুং মসিনা শিজিন্নগদবা থক্কী মথৈ হায়রজগে।



খুবাক খুংথেক

খুং য়েং ওই অনিমকী খুংচা পুন্নমক নপননা ভিংলগা খুং য়েং ওই অনিমক খুবাক খুবাক নপনগনী মসিবু খুবাক খুংথেক কৌই।

খুং নাম্বগী লাইবক শাবা খুংথেকনা য়েং ওই অনিমকনা খুবাক খুবাক নপনগনী। অদুম্বা শাবম্বু য়াই।

খুবাক খুংথেকনা শিজিন্নবা য়াবা অভিনয় তৌবা য়াবা মরমশিং ঊংলি।

**শীজিন্নকন**

লাই (দেব, দেবী, লাইনিংথৌ, লাইরেম্বী) গুরু, অহল-লমন ইথকথোংবনচিংবদ' খুরুম্বা, খুবাক খুবদা, মতিরদা থোং হাকপা মৈরুব ওইনা লাংনবা গরুড় অমসুং হনুমানগী মূর্তিদসু খুংকম অসি উবা জগোই শাবদা, য়ংই।

শিজিন্নবা মওং মতাং মতাংগী ওইনা খাইদোকই,

লাইদা খুক্ত দা—কোকথক্তা লাইবক্তা খুংথেক অসি থমগনী।

ওুরদা—লাইবক মপাদা থমগনী।

ইথক থোংবদনা চিনবান মপাদা থমগনী।

লেংমান্নবা অমদি ব্যবহার তৌকম থোকপদা থবাক মপাদা থমগনী।

অসিনচিংবা অসিদা মতাং মতাংগী মকম মকনগী মতুংইন্না খুবাক খুংথেক্তা শিজিন্নগনী।



## চনিং য়াকম খুংথেক

চনিং য়াকম খু থেক্লো মওং মতৌ অমম্তুং মসিদা শিজিন্নবা য়াবা মরম থর হায়রগে।



চনিং য়াকম খুংথেক

ওইবগী খুবাক্লা কৈনা থম্লগা য়েংকী খুবাক্লা ওইগী খুবাক মথক্তা কুপকনী খুং অনিমক খুংচাগী মরু মরু ইনথংকনী ; মওং লোংতক তৌগনী খুংথেক মওং অসিবু চনিং য়াকম খু থেক কৌই।

ওইগী খুংনা লাইবক খু থেকনা খুবাক ময়াই কোস্তক্লা শাহনা লোংনা কৈনা থম্লগা য়েংকী খু স্থ লাইবক খুংথেক শাহনা ওইগী খুং মথক্তা কুপকনী অমম্তুং খুবাক ময়াই অহ্ হোংনা কোংনা থমগনী খুনম অনিমক পোংতক লৈগনী মসিবু চনিং য়াকম খু থেক কৌই।

চনিং য়াকম খুংথেক শিজিন্নহনা অভিনয় তৌবা য়াবা থর উংলি।

শীজিন্নকম

জগোই হৌবদা ( শিজিননবা জগোই মখলদা ) মখুম কুপ্পা, সঙ্কীর্তন হৌবদা, অচৎবা রাখল থনবা, ধ্যান তৌবা, সংকল্প তৌবা. অসিনচিংবগী অভিনয় তৌহনা উংপদা চনিং য়াকম খুংথেকনা শিজিননবা য়াই।

লাই পুজা তৌবদা লৈনচিংবদু খুবাক ময়াইদা থমহনা লাইগী থবক তৌবদা শিজিননবা য়াই। ( যজ্ঞ তৌবদা )।

## লৈপেক খুৎথেক

লৈপেক খুৎথেক্কী মওং মতৌ অমদি মসিনা শিজিন্নবা য়াবা থর হায়রজগে।



লৈপেক খুৎথেক

খুৎ য়েংলু, ওই অনিমক্কী খুৎচা নপনরগা যেৎ ওইগী খুনাউবী অনি কৈনা নপনগনী মসিদা ওইবিবা খুৎ মওং অসিগী খুবাক ময়াই কুৎহনগনী অসিগুমবা খুৎথেক মওং অসিবু লৈপেক খুথেক কৌই।

লৈপেক খুৎথেকনা শিজিন্নবা য়াবা থর উৎলি।

**শীজিন্নফম**

খুজোক, আরতি তৌবা, পোং লোবা-য়াবা, লৈ-খুজোক কৎপা, চাইবা, আরতি কৎপা, থুমিৎতা ঈশিং কৎপা, দেব তর্পণ, উহৈ লোবা, ঈশিং য়াবা, ঈশিং থকপা, নোং মরি য়াবা, ঈশিংপা, কনবা, পোৎ লৌথোকপা, হাপচিনবা, নিঙবা, হৈথবা, অসিনচিংবা অসিগী অভিনয় তৌবদা লৈপেক খুৎথেকনা শিজিন্নবা য়াই।

## লৱাই খুৎথেক

লৱাই খুৎথেকশী মওং মতৌ খুৎথেক অসিনা শিজিন্নবা য়াবা হিরম থর মখৈ হায়রজগে।



লৱাই খুৎথেক

য়েং ওইগী খুৎ অনিমক্কী খুদোঙ্গী, খুন্নাই, খুনিংথো, খুনাউবী মতোন মতোন শমনগনী য়ুংনা থমগনী অমস্তুং খুবি অানগী মতোনস্তু শমনগনী অতুংগা খুরক লনগনী খুৎ ওই-য়েং অনিগী মক মথোং কাক্তোক্লগনী মওং খুৎথেক অসিবু লৱাই খুৎথেক কৌই।

লৱাই খুৎথেক্কা শিজিন্নবা য়াবা অভিনয় তৌবা য়াবা থর উংলি।

**শীজিন্নকম**

লৱাইলেমস্তু, কুঞ্জ, য়ুম, দলান মতোন, চিংদোন্স, য়ুখাওমবগী মতোন, অতুমবা, কিনাউ. পোৎ কুপশিনবা, থিনবা অসিনচিংবগী অভিনয় তৌবদা লৱাই খুৎথেকনা শিজিন্নবা য়াই।

## খয়োম খুৎথেক

খয়োম খুংথেককী মওং মতৌ অমস্তুং শিজিন্নবগী মরমদা থর হায়জগে।



খয়োম খুংথেক

খুং য়েং-ওই অনিমক্কী খুবীগা খুবীগা খুনাউবীগা খুনাউবীগা মখোং মখোংদগী মতোন মতোন ফাউবা শমনগনী খুজেং অনি শমনগনী খুংচাশিং অহু য়ুংনা য়ুংনা তিংগনী খুংচাশিং লননা লননা থমগনী খুংথেক মওং অনিবু খয়োম খুংথেক কৌই।

খয়োম খুংথেক শিজিন্নহনা অভিনয় তৌবা য়াবা মরম থরশিং উংলি।

**শীজিন্নফম**

খয়োম, থমবাল অশাংপা, কেতুকী, লৈ নাচোম অচৌবা (লৈতেংগী খিননবা) উবৈ য়াবা, মৈবুল, লোংজিম লাইদা লৈ ক পা। অসিনচিংবা অসিগী অভিনয় তৌবদা খয়োম খংথেক শিজিন্নগনী।

## খোইদো খুংথেক

খোইদো খুংথেককী মওং মতৌ অমম্মুং খুংথেক অসিনা' শিজিননবা য়াবা মরম খর হায়রী।



খোইদো খুংথেক

য়েং-ওই খুং অনিমককী খুবী খুবী মত্তোন মত্তোন শমনগনী খুদোমবী অনিগী মত্তোন শমনগনী খুদোমবাঁদা খুংয়াই খুনিংথৌ খুনাউবী চেপ্প। নপনগনী খুংথেক মওং অসিবু খোইদো খুংথেক কৌই।

খোইদো খুংথেকনা শিজিননন্থনা অভিনয় তৌবা য়াবা মরম খর উংলি।

শীজিন্নফম

কৈজা, কৈ, উক্রোং অকোবা, করিগুম্বা পোং অমবু থান্দুনা য়েংবা, মুমিংপু য়েংবা, অসিনচিংবা অসিবু অভিনয় তৌবদা খোইদো খুংথেকনা শিজিননগনী।

## কৈগল থুংখেক

কৈগল থুংখেকনা মঙং মতৌ থুংখেক্কা শিজিন্নবা য়াবা থম হায়রি।



কৈগল থুংখেক

ওই য়েং থুং অনিগী থুবী থুবী শমনরগা য়েং ওইগী থুংচাশিং মশা মশাদা নপননা থমগনী থবাকলোমদা থুং অনিমক চংগা শানা কোনগনী মসিবু কৈগল থুংখেক কৌই।

কৈগল থুংখেক্কা শিজিন্নহনা অভিনয় তৌবা য়াবা মরম থম্ উংলি।

শীজিন্নকম

কোইরোক কোইবা উংশদা, কৈজা কা শ্রাং মঙং, কৌবোন হাইবা, উতোং অহোবা, কৌবি, অসিনচিংবা অসিগী অভিনয় তৌবদা কৈথোম থুংখেক্কা শিজিন্নগনী।

## চিনবান থক খা খুংথেক

চিনবান থক-খা খুংথেক্কী মওং মতৌ অমসুং শিজিন্নগদবা মশক খরা উংলি।



চিনবান থক খা খুংথেক

খুং য়েং ওই অনিগী খুবি খুবী খুদোংবী খুদোংবী মতোন মতোন শমনগনী লেমহোবা খুংচাশিংনা লননা লননা মচা তানা তিংনা থমগনী খুংথেক মওং অসিবু চিনবান থক খা খুংথেক কৌই।

চিনবান থব-খা খুংথেক্কা অভিনয় তৌবা য়াবা খরা উংলি।

**শীজিন্নকম**

হিংচাবা (মকোই ক্রংক্রং চোংবা উংপা) কোই, অকিবা শককম উংপা, অসিনচিংবা অসিগী অভিনয় তৌবদা চিনবান থক-খা খুংথেকনা শিজিন্নবা য়াই।

## য়া খুংথেক

য়া খু থেক্কী মওং মতৌ অমন্নুং শিজিন্নরকপগী মরম হায়রজগে।



য়া খুংথেক

য়েং ওই খুং অনিমক্কী খুং অনিনা খুবাক তিক্কনী খুং অনিমবকী খুবাদগী খুনাওবা ফাউবগী খুংচাশিং মথং মথং নপনগনী অহুগা খুং অনিগী খুনাউবী খুনাউবী মখোংদগী মতোন ফাউবা য়ুংনা শমনগনী খুংথেক মওং অসিবু য়া খুংথেক কৌই।

য়া খুংথেক্কা শিজিন্নরুনা অভিনয় তৌবা য়াবা খর উংলি।

শীজিন্নফম

মিংশেল য়েংবা, খান্নবা, লৈ খুজোক আবাকন, খ্রশিং কংপা, চাইবা, চাইথবা, শিংতোকপা, ফুপা (কৌ ফুগা) ফসিনচিংবা অসিগী অভিনয় তৌবদা য়া খুংথেক্কা শিজিননগনী।

## খবাক খুৎথেক

খবাক খুৎথেকী মওং মতৌ অমম্লুং শিজিন্নবী মরম থয় হায়জগে।



খবাক খুৎথেক

খুৎ য়েৎ ওই অনিমক খুবাক শিংগনী অহুগা য়েৎনা মথক থংনা খুৎ কায়ন চনগনী খুবী অনিমক য়ুংগনী অমম্লুং চিল্লোক্লগনী খুৎথেক মওং অসিবু খবাক খুৎথেক কৌই।

খবাক খুৎথেক্লা শিজিন্নহনা অভিনয় তৌবা য়াবা থয় হৈংলি।

### শীজিন্নকম

চিরোং, সমস্ক, উমং, কুন্তিয়, মাইকৈ, গুতিয়া, খুৎ পুনবা, অনিসচিবো অসিগী অভিনয় তৌবদা খবাক খুৎথেকনা শিজিন্নবা য়াই।

## খোরি তোংদম খুংথেক

খোরি তোংদম খুংথেক্তা মওং মতৌ শিজিন্নফমগী মরম হায়রজগে



খোরি তোংদম খুংথেক

খুং অনিমক্কী খুবা কন্নোককনী খুংচা মরি মরি নপাননা তিংগনা ওইগী পুনম মথক্তা য়েংকা খুংনা নদগনী খুংথেক অসিবু খোরি তোংদম খুংথেক কৌই।

খোরি তোংদম খুংথেক্তা শিজিনদুনা অভিনয় তৌবা য়াবা খর উংলি।

শীজিন্নফম

যুব্য কাষ্ট, (বলি তৌনবা উনা শাবা চকশম চাকনবা) উচেক শাবদস্তু শিজিননগনী অসিনচিংবা অসি খোরি তোংদম খুংথেকনা অভিনয় তৌগনী

## লুথম খুংথেক

লুথম খু থেককী মওং মতৌ অমম্বুং মসিনা শিজিননবম হায়জগে।



লুথম খু'থেক

খুং অনিমক খুংচা নপননা খুবাক তিংলগা খুং অনিগী খুয়াই মতোন মতোন শম্মনগী খুংথেক অসিবু লুথম খুংথেক কৌই।

লুথম খুংথেকনা শিজিনন্নবা অভিনয় তৌবা য়াবা থব উংলি

শীজিন্নবম

তিংলি য়াংলিবা, হকাম চনবা, হকচাং থেক থোংপা, লাইরিককী লমাই উংপা অসিশিংসিবু অভিনয় তৌবদা লুথম খুংথেকনা শিজিননগনী।

## খাঙেল-খুংথেক,

খাঙেল খুংথেকী মওং মতৌ অমম্বুং শিজিন্নবগী মরমদা থর হায়জগে।



খাঙেল খুংথেক

খুং য়েং ওই অনিমক খুত্থুম পাইশিনগনী অহুগা খুয়াই অনিমক তিংথোক্কনী য়ে" ওইগী খুয়াই মতোন মতোন শমনগনী মসিবু খাঙেল খুংথেক কৌই।

খাঙেল খুংথেক্কা শিজিন্নবা য়াবা থর উৎলি।

শীজিন্নফম

য়ৈফে, উৈফে, কাংফে, খাঙেল অসিনচিংবা অসি খাঙেল খুং,থক শিজিন্নদুনা অভিনয় তৌবা য়াই।

## চুক য়ুংবা খুৎথেক

চুক য়ুংবা খুৎথেকী মওং মতৌ অমম্বুং মসিনা শিজিন্নবা য়াবা থবক্তং হায়রজগে।



চুক য়ুংবা খুৎথেক

খুৎ অনিমক খুত্থুম পাইগনী ওইগী খুত্থুমগী খুবী মথক্তা য়েংকী খুত্থুম থমগনী মসিগী খুৎথেক অসিবু চুক য়ুংবা খুৎথেক কৌই।

চুক য়ুংবা খুৎথেক্তা শিজিন্নবা য়াবা থবক্তগী মথৈ উৎলি।

শীজিন্নকম

কি শুম্বা, লৈথাইবা, কৌ-শুবা, উখুলতৌবা স্থুবা, থৌরিচিংবা চুক য়ুংবা, চেংনা পাইবা, অচৌবা চক্রি তকপা, নৌ পাইবা, তি হোনবা, ফিরান চৈথোক পাইবা, লাইদা নিংথৌদা পে থোগল তৌবা, অসিনচিংবা অসিগী অভিনয় তৌবদা চুক য়ুংবা খুৎথেকনা শিজিন্নবা য়াই।

## যাত্রা পাবা খুৎথেক

যাত্রা পাবা খুৎথেকী মওং মতৌ অমম্তং শিজিননকমগী মরমদা হায়রি।



যাত্রা পাবা খুৎথেক

খুৎ অনিমক খুন্থুম পাইশিনগনী অহুগা খুদোংবী অনিমক যুংনা তিগনী অমম্তং খুৎ অনি মাইয়োকননা থত্রাংননা থমগনী মসিবু যাত্রা পাবা খুৎথেক কৌই।

যাত্রা পাবা খুৎথেকনা শিজিননবা য়াবা অভিনয় তৌগদবা থয় হায়জগে।

**শীজিন্নফম**

জোত্তা, অনি, লাপ্পা, থিনগাইবা, মখুল অনি, অসিনচিংবসিগী অভিনয় তৌবদা যাত্রা পাবা খুৎথেকনা শিজিননবা য়াই।

## চিরোং-চিরেন খুৎথেক

চিরোং চিরেন খুৎথেক্কী মওং মতৌ অমম্মুং শিজিননকম হায়রি।



চিরোং-চিরেন খুৎথেক

খুৎ য়েৎ ওই অনিমক খুৎচা নপননা খুৎপাক তিঙ্গনী খুৎ অনি কারন চনগনী য়ে না মাং থাগনী খুৎথাক লোংথোক্কনী খুৎথেক অসিবু চিরেং-চিরেন খুৎথেক কৌই।

চিরোং-চিরেন খুৎথেকনা শিজিননদুনা অভিনয় তৌবা য়াবা থয় উ লি।

**শীজিন্নকম**

মাইকৈ ভাকপা, অমংবা নোং মপৈ, সমক্রু ঈথক, উমং, অতিয়া, কুম্থির, (রথ) কাংগী উক্রা, শংমাই, অসিনচিংবসি চিরোং-চিরেন খুৎথেকনা অভিনয় তৌবা য়াই।

## য়াং খুৎথেক

য়াং খুৎথেক্তা মওং মতৌ অমস্তুং মসিনা শিজিন্নহুনা অভিনয় তৌবগী মরম হায়জগে।



য়াং খুৎথেক

য়েৎ ওইগী খুৎ অনিমক খুবাক তিংলগা খুনম খুনম শোক্লনা নপনগনী। খুথেক অসিবু য়াং খুৎথেক কৌই।

য়াং খুৎথেক্তা শিজিন্নবা য়াবা অমস্তুং অভিনয় তৌবা য়াবা শরদং উৎলি।

**শীজিন্নফম**

কাইনবা শেগাইবা, ওন্নতৈনবা অসিদা উৎপা য়াই খুৎথেক অসিনা অভিনয় তৌবা থর লিকনা থোকই।

## ই-কুপ্পা খুৎথেক

ই-কুপ্পা খুৎথেককী মরমদা হায়রগে।



ই কুপ্পা খুৎথেক

খুৎ য়েৎ ওই অনিগী খুৎচা মরি মরি নপনা খুবাক তিংনা থমলগা খুনী শম্নোকবনী অহুগা ওইগী অশুগা খুৎকমগী খুনমদা য়েৎকী অশুবা খুৎওং অসিনা নম্বুনা থমগনী খুৎথেক অসিবু ই-কুপ্পা খুৎথেক কৌই।

ই-কুপ্পা খুৎথেক্কা শিজিন্নদুনা অভিনয় তৌবা য়াবা থয় উৎলি।

শীজিন্নকম

মথং মথং লোনবা, ই-কুপ্পা, গু, শাদুনা উৎপদা শিজিন্নবা য়াই, দশবতার মী মিন অবতারগী অভিনয় তৌবদা শিজিন্নবা য়াই।

## চানফম খুৎথেক

চানফম খুৎথেক্কী মওং অমসুং শিজিন্নকমগী মরমদা হায়জগে।



চানফম খুৎথেক

খুৎ ওইনা খুগাই, খুনিংথৌ, খুবী কক্ষমগী মতোন মতোন শামনগনী খুনাউবী, খুদোমবী কনগনী অম্সুঙ্গা থমলগা য়েৎকী খুৎশা খবাক জিংন ওইগী খুজেংদা য়েৎকী খুৎ মতোম্না শোক্কনী মসিবু চানফম খুৎথেক কৌই।

ওইগী খুৎনা লাইচিং খুৎথেক পাইবগা য়েৎকী খুৎনা লাইবক খুৎথেক ওইরগা ওইগী খুজেংদা য়েৎকী খুতোম্না শোক্কনী মশুম্না হায়বসু যাই।

চানফম খুৎথেক্কা অভিনয় তৌবা য়াবা থর উৎলি।

শীজিন্নকম

মতৈ-মনাউ (করিশুপ্পদা উৎপ য়াই) শক্তি মচা তাকপা, অসিনচিংবগী অভিনয় তৌবদা চানফম খুৎথেক শিজিন্নবা য়াই।

## খুজেংলৈবী খুৎথেক

### খুজেংলৈবী খুথেকী মওং অমসুং শিজিন্নকমগী মরমদা হায়রজরি



খুজেংলৈবী খুংথেক

খুং ওই য়েং অনিমককা খুংচাশিং লন্‌না মচা তানা তিংগনী খুজেং অনি শম্নবোই শম্নদবোই তৌনা থম্লগা ওইগী খুংশা মথক-লোমদা লৈখত্তুনা মথাদা লৈথহুনা উকক লৈগনী য়েংনা অম্নমা মথারোমদা লৈথম্নগা মথকলোমদা লৈখংলককনী অম্নমা উকক লৈগনী মসিবু খুজেংলৈবী খুংথেক কৌই।

!খুজেংলৈবী খু থেক শিজিন্নহুনা অভিনয় তৌবা য়াবাথর উংলি।

**শীজিন্নকম**

জগোই শাবদা, জগোইনা খুন্নহদা কন্নিগুম্বা পোংশক অমদা উকক লৈবা উংপদা. লায়ন্নিবশিং অসিনা অভিনয় তৌগদা খুজেংলৈবী খুংথেকা শিজিননবা য়াই।

## হকচাং লাংবুম খুংথেক

হকচাং লাংবুম খু থেক্না মওং অমম্তুং শিজিন্নকমগী মরমদা হায়জরি।



হকচাং লাংবুম খুংথেক

য়েং ওই খুং অনিমক মশা মশাগী খুংচা নপনরগা খুবাক্না খুংতোন কোক্কা থমগনী যেংনা মথক থনো খুং অনি অহু কাপ্পন চনগনী মাসিবু হকচাং লাংবুম খু থেক কৌই।

শীজিন্নকম

নিংথম্বা, অকিবা, ইকাইবা, কোনশিনবা, পুংলোন, নিংশিংহুনা ওয়াইবা, লাইরন উমং, ঈশিং অচৌবগী থেউ। লাইশংগী চিরোং, কাংগী উত্ত্রা, পজেং ফিয়ান, কৈরেম কৈজাউ (অচৌবা মাগা কু মথল)।

মত্তাং অসিদা থনগৎচবা খুং অনিগী খুংথেক কুনগী মরমদা নৈনজবা লোইজরে।

খুং নামগী অমম্বং খুং অনিগী জগোই খুংথেক্লা অনি পুন্না শিজিন্নহুনা পাংথোকপা য়াবা থৌরম খর উৎলি। খুদম ওইনা শ্রীকৃষ্ণ, শ্রীমতি রাধিকা, শ্রীরামচন্দ্র, কামদেব, রাবণ, অসিনচিংবা খর অসিদা মৈতৈ জগোই খুংথেক শিজিন্নদুনা উৎলি।

১। শ্রীকৃষ্ণ—

খুং য়েং ওই অনিমক মিং খুংথেক পাইরগা চিনবান মপাদা ওইগী খুংনা মাইথোংগী য়েংলোমদা থরদং থৈরগনা থম্লগা য়েংকা খুংনা ওইগী খুংনা থম্লিবা অহুগী মপাদা কৈনা থমগনী খুং অনিগী মরক্তা খুবাক অহুমলোম কল্লকনা লাপহনগনী অমম্বং থমগনী মসিবু শ্রীকৃষ্ণগী খুংকমদা শিজিননবা য়াই। মওং অসি শ্রীকৃষ্ণনা বাঁশি খোংবগী মওংনি।

২। শ্রীমতি রাধিকা—

খুং য়েং, ওই, অনিমক মিং খুংথেক পাইরগা লোংথোক্লা থবাক মপাদা কৈনা থমগনী। ওইগী খুংনা থক্তিন মপাদা অহুগা য়েংনা হকচাংগী য়েং থংবা নাকল ওইরগনা থমগনী মসিবু শ্রীমতি রাধিকা অভিনয় তৌবদা শিজিননবা য়াই। মণ্ডিরদা লাংলিবা শ্রীমতি রাধিকাগী মূর্তিমাদা উবা ফংই।

৩। কামদেব ( মন্মথ )—

ওইগী খুংনা পবাক মপাদা নাথাং খুংথেক পাইহুনা থমগনী য়েংকী খুংনা লৈ পোম্বা খুংথেক পাইহুনা। ওইগী খুংনা থম্লিবা মপাদা চপ মান্ননা থমগনী খুং য়েং ওই অনিগী মরক্তা পুবাক অহমগুবা লাপননা থমগনী খুংথেক মওং অসিনা কামদেবগী ভাব ( মূর্তি ) উৎপদা শিজিন্নবা য়াই। মসি কামদেবগী পঞ্চবান পাইবা উৎপনি।

৪। শ্রীরামচন্দ্র—

ওইগী খুংনা লাথাং খুংথেক পাইদুনা থবাক মপাদা ওই ওইরপনা থমগনী য়েংকী খুংনা থবাক মপাদা য়েং ওইরপনা লাইবক খুংথেক পাইগনী মসি শ্রীরামচন্দ্রগী মওংবু অভিনয় তৌবদা ভিজিননবা য়াই।

৫। রাবণ—

চিনবান মপাদা চিনবান থকখা শাবা খুংথেক্তা থমগনী মসিগী মওং অসি রাবণ শাবা, মওং উংপদা শিজিননবা য়াগনী। মসিগী ভাবভি মকোই চাউনা খাকপা মকোই ক্রিং ক্রিং চোংবা উংপগী মওং তাকপনি।

অসিনচিংবা মও মশক কয়াগী অভিনয় তৌবা য়াবা মরম থিজিন্দুনা উংপা য়াবগী মরম থরদং পোরম কাংজবনী কয়া কয়া কবি কবি ওইবা য়াবা মরম মওং থিজিনবা য়াই।

খুং নামগী খুংথেক অমসুং খুং অনিগী খুংথেক্তা শিজিননদুনা অভিনয় তৌবা যাবা, কায়বদি খুংথেকশিং অসিনা অমগা অমগা উণ্ডুনা অভিনয় তৌবা মওং থরদং উংচরি।

মশক থরদং--

১। মম (ইমা মমা)

২। ইপা (মপা-ইপা)

৩। মমাক (ইমাক-মমাক-ময়া-ইয়া)

৪। কুমারী (নৈশারী মচা)

৫। মহৈ-মনাউ (ইচৈ ইনাউ)

৬। মতু (এগী নুপা-মগী নুপী)

৭। মচা নুপা (ইচা নুপা)

মমা শাবা—

য়েংকী খুংনা মিং খুংথেক পাইগনী অমসুং ওইগী খুংনা খাং খুংথেক পাইগনী মওং অসি মমা শাবদা শিজিন্নবা য়াই। খুংকম অসিনা কুমাম্বি ( লৈশাবী মম্ব ) গী অভিনয় তৌবদসু য়াই।

মপা শাবা—

ওইগী খুংনা খাং খুংথেক ওইগনী য়েংকী খুংনা পিশুম খুংথেক ওইগনী, মওং অসি মপা শাবদা শিজিন্নবা য়াই। খুংকম অসিনা মমাক মুপা মমা মুপাগী অভিনয় তৌবসু য়াই।

মতৈ-মনাউ শাবা—

ওইগী খুংনা পিশুম খুংথেক পাইরগা য়েংকী খুংনা খুকউ খুংথেক পাইগনী খুংকম অসিনা মতৈ-মনাউগী মওং অভিনয় তৌবদা শিজিন্নবা য়াই।

মওং অমদা য়েংকী খুংথেক মথক্তা ওইগী খুংথেক্তা মথক্তা নল্লুনা উংপসু য়াই।

মতু শাবা—

অহাম্বদা স্তানকম খুংথেক উংলগা য়েংকী খুংকম্না মওং ওম্থোক্লনা নাত্তোন নাকচি খুংথেক ওইরগা ওইগী খুংকমগী খুজেংদা পাইগনী মসি মতু শাবা অভিনয় তৌবদা শিজিন্নবা য়াই।

মসিগী মমুংদা লৈবা ভাবনা মুপীগী খুজেং পাইবনী, অতোপ্পা মুপীগী খুজেং অতোপ্পা মুপানা পাইবা য়াদে মপুরোইব-তনা পাইবগী মওং উংপনী।

মচা মুপা শাবা—

ওইগী খুংনা মিং খুংথেক ওইগনী য়েংকী খুংনা নাখাং খুংথেক ওইগনী মসিবু মচা মুপা শাবগী অভিনয় তৌবদা শিজিন্নবা য়াই।

খুং নামগী খুং অনিগী ঙগোই খুংথেকশিং অসিনা বাহৈ পরেংদা শিজিন্নবা খুদম থন্না মথাদা উংলি।

## *Exercise*

### বাহৈ পরেং

১। অশোক / মিং খুংথেক — মনগী / লাইবক খুংথেক — কুরুদা / লম্বাই খুংথেক

খোইমুক / থুয়াই খুংথেক — মপৈদা পাইরি / লাইবক খুংথেক

২। বাইহ / লৈহেক খুংথেক — অমত্ত / চিন্নাই খুংথেক — হায়বিম্ব / লাইবক খুংথেক

৩। শিনন / লেংদোন খুংথেক — মরৈ হা হা তমলি / থুনাউবী খুংথেক

৪। ইবেমা চিক্কা ভারব / লাইবক খুংথেক — পুর্ণিমাগী থাবলদা / নাপ খুংথেক লাইবক খু থেক

যমুনাগী জীবক হৌরি / লাইবক খুংথেক

৫। সখি
লাইবক খুংথেক

ইবেম্মী
লাইবক খু থেক

অহাবা
থাং খু থেক

মপাউ
লৈকেক খু থেক

তারগা
চিরাই খু থেক

কৃষ্ণা ত্রেগী
মিং খুংথেক

থম্মোইসে
মিং খুংথেক

কাইগদোর
য়েং ওই অনিমক

৬। মণি ও তাদে
যাত্রা হনবা খুং.থেক

পুর্ণিমাশী
নাপ খুংথেক

থাবলদা জারনগনী
লাইবক খুংথেক

৭। গজাং
খুবোম খুংথেক

ইথক চৌরি
লাইবক খুংথেক

৮। মম্বুল
বাত্রা হনবা খুংথে

চোইবা হাওবি
নাকোং খুংথেক

সখিন
লাইবক খুংথেক

লৈমাইথক বা.থবি
(লাইবক খুংথেক্লা লৈথকুনা কমথগনা)

৯। চকু শাবনী হুংকালকু
চিরাই খুংথেক

অরেম্বম জাথরে
মিং খুংথেক

১০। শামুনা ময়া
লাইচিং খুংথেক

মাতোম
.... ....

লৈপাক কোৎথংনি
.... .... .... ....

১৬। থবাক্তা / লাইবক খুংথেক — মুক্তা পন্থেংবা নৈনেংবা / নৈ হেকপা খুংথেক — পোইথোইবা মিৎচিবা / নৈন' খুংথেক

কামগী তেনবু তমজবা / কামদেব খু থেক — শ্রীকৃষ্ণনী / শ্রীকৃষ্ণ খুংথেক

১৭। ইবুংঙো মংগ / লাইবক খুংথেক — কাইনবদা / নাকোং খুংথেক — বাবখি / খাং খুংথেক

ইবেম্মনা / লাইবক খুংথেক — অশোক বনগী / মিং খুংথেক — কুঞ্জদা / লম্বাই খুংথেক

বাহছন নৈনৌবে / ( নৈথচুনা কমথবা ) — থুন' মাংনা / লাইবক খুংথেক — লেংলোগবা' / লাইবক খুংথেক

১৮। সখি / লাইবক খুংথেক — ইবেম্মগী / লাইবক খুংথেক — অবাবা / খাং খুংথেক

পাউবু তাবগা / নৈহেক খু থেক — কৃষ্ণ ঐগী / মক পোথাইবা খুংথেক — থম্মোই কাইরেনে / নাকোং খুংথেক

১৯। ইবেম্মা / লাইবক খুংথেক — শ্রীকৃষ্ণ / কৃষ্ণ খুংথেক — লেংলক্লগনী / লাইবক খুংথেক

কুঞ্জগী / লম্বাই খুংথেক — উথোং থুদিংদা / নৈ না খুংথেক — থাউমৈ থাবগৎলো / মিং খুংথেক

মাল্লিকাগী / নাকোং খুংথেক — সখ্যা শেন্নগৎলো / .... .... ....।

২০। ইতা / লাইবক খুংথেক
কুমদা / লবাই খুংথেক
ইবুংঙো লেংদক্লবাদে / লাইবক খু থেক
ঙকপমদা থোনবা / নাকোং খুংথেক
মৈজয়তি মনম / হৈ হেকপা খু থেক
কাউবদে / লাইবক খু.থেক

২১। ইচা / লাইবক খু থেক
পুর্ণিমাগী থাবল / নাপ খু থেক
উবদা / লৈনা খুংথেক
পুক্নিং / লাইবক খু থেক
ঙুচুংই / মরু পোথাইবা খুংথেক

২২। সখি / লাইবক খু থেক
লেমজবা / মিং খুংথেক
লৈশী মাচোম / লৈ শাংপা খুংথেক
থবাল পবেং আস / লাইচিং খু থেক
অয়েথা তাবে / নাকোং খুংথেক

২৩। কুমথগী / লবাই খুংথেক
অনৌবা মহিকাদে / মিং খুংথেক
তিয়া / চিরাই খুংথেক
চিকথথলে / পরিং কোনবা খুংথেক

২৪। মাইবগী হিদাক / লাইচিং খুংথেক
অয়েখ তাবে / নাকোং খুংথেক

২৮। ভগবান / খুবাক খুংথেক — যকশী বস্ত / চনিংয়াকম খুংথেক — কংচরি / লৈপেক খুংথেক

২৯। দিংলোন / রাই খুংথেক — পোথাইচনা / খয়োম খুংথেক — মৈরি হৌরি / লাইবক খুংথেক

৩০। বন্নাবন্না / লাইবক খুংথেক — রাংহো'না / খুনিংথৌ খুংথেক — জগোই শারি / চালি

উশানা তো'চনা / খাত্তেল খুংথেক — চোংঙ' তেনথানা / খুনিং খুংথেক — ইথৈ শকলি / লৈ হেকপা খুংথেক

৩১। ঈশ্বর / লাইবক খুংথেক — ভানা হয়াউ মথোই কাজরি / ই কুম্না খুংথেক

৩২। সংক্রমা / লাইবক খুংথেক — ঈথক হৌরি / চিরোং খুংথেক

৩৩। মথোই / লাইবক খুংথেক — অনি / যাত্রা খুংথেক — ফৌ ভরি / চুক যুংবা খুংথেক

৩৪। উক্রোং অহোবদা / যেকশল খুংথেক — ঈশিং খুজোক হৈজিন্নু / লৈপেক খুংথেক

---

লোইরবা